# নোল্লুকচবা

"ইমোইনু আহাংবীগী ভুঙ্গনফম" হায়ব লাইরিক মচা অসি, য়ুম্বাল্লোনগী মচাক ওইবা লাইরিক্নি। মৈতৈগী অরিবা লাইরিক লাইশু কয়া পাকবদগী; অমস্তুং মৈতৈ ইপা-ইপুশিংনা য়ুংখোল খুদিংদা চৎনবম্বা রাবী-বাতাই কয় দগী খোং জিন্দুনা শেমগৎচরনি। হৌখ্রবা ইপা-ইপুশিংগী হাক্কুকদি থাক্কবগা লোয়নন্না চৎনবল্লবা ফজরবা লোনচৎশিং অসি, হৌজিক্কী মীবোম্ন্দি থোক্তইনখিদ্রে। তোইগুম্বস্তুং থায়নগী য়ুম্বাল্লোন অসিবু খোনজিন তাশিনজুনা কেঙ-দোকচরিবা লাইরিক মচা অসিনা, মতম কুইনা কাডনরল্লবা ইপা-ইপুশিংগী লম্বেলবু, নোনা অমুক নংশিংজুনা হেল্লোইগী মশী ভস্তুনবগী লম্বীদা; খরনং কান্নং ত্রা খন্দুনা ফোঙদোকচবনি।

অপোকপা খুরুম্বগী শরুক অসি থোঙম মথব মাইচৌনা পীবিরম্বনি। অরাং অপা কবা পীবিরক্তুনা লাইরিক অসিবু মপুঙ ফাহনবীবগীদমক মাইচৌগী মফমদা ইকায় খুম্নবা উৎচবি।

লাইরিক মচা অসি অনমমদং লৌবিজুনা পাবারবদি, হেৎনা জমনগী মহৈ যাল্লগনি। অচুম অরান অফ-ফত্ত তাকপীজুনা; হোৎনজরল্লিবা ঐখোয়বু অনৌবা থৌনা হপ্পয়ু। তাকপারকপা পুম্নমক মথংগী খুৎনমদা শেমদোকচগনি।

মতম খুযৌনখিবনা তরেংতৎবা খুৎনম তসিদা থোইদোকপা শেমদোক শেমজিন, হাপতোক হাপচিন ভমতখিদ্রে।

নোল্লুকচরিবশিং:

লাইরিক অসিগী হক পুম্নমক, অইবা অমস্তুং অফোংবগীনি।

য়ুম্নাম-চা বুদ্ধিচন্দ্র
নিংথৌমচা মনিসনা

# ফম্ফম্ তাক্পা

| হীরম | লামায় |
|---|---|
| ২২। শরাং লৈপাংথেম (চেংলৈ) শলাইগী অপোকপা খুক্লম্বা | ৪০ |
| ২৩। মোইরাং শলাইগী অপোকপা খুক্লম্বা | ৪১ |
| ২৪। অঙাঙ চউম্বা | ৪২ |
| ২৫। লাইনিংথৌদা অথেলপোৎ কৎপা | ৪৩ |
| ২৬। থৌনিরোন লাইশোন | ৪৩ |
| ২৭। মুনিৎ খুক্লম্বা | ৪৪ |
| ২৮। অঙাঙ চউমলোন অমসুং থবাগী মিরৈরোন | ৪৫ |
| ২৯। থাশি মায়কৈ তংনবা য়েংনবা | ৫১ |
| ৩০। লাইচৌ লৈবা মাযকৈ | ৫১ |
| ৩১। ঈ খুদেং লৈবা লৈতবা | ৫২ |
| ৩২। থাবানশিং অসিদা ঈ খুদেং লৈতে | ৫২ |
| ৩৩। থাবানশিং অসিদা ঈ খুদেং লৈ | ৫২ |
| ৩৪। লাইচাগী অফ-যত্ত | ৫২ |
| ৩৫। থাবান | ৫২ |
| ৩৬। ফি হৌবা অফবা মুমিৎ | ৫৩ |
| ৩৭। ফি অহনবা শেৎপা ফওবা মাকমৈ | ৫৩ |
| ৩৮। ফি অহনবা শেৎপা অফবা মাকমৈ | ৫৩ |
| ৩৯। ফি অহনবা শেৎপা অফ-ফত্ত মুমিত্তি | ৫৩ |
| ৪০। পোৎ পীথোকহৈদবা মুমিৎ | ৫৪ |
| ৪১। পুম্নমক ঙাকনবা | ৫৬ |

# ইমোইনু অহোঙবীগী তুঙনফম

——{(*)}——

## অঙ্গি

হয়াহে লিকলাই-ও ইপুঙথৌ নোংথোৌরেল পুমাব-ও! চীঙঙু নংকি অঙনবা খোইয়ুন নয়ায় অরাববু। পায়মা শিল্লৈ লোম্বা নদাইরেম ওয়ুমর'কুমনা খজিক্তা তেংথাজরক্কে। য়োয়বু খোইমোম লাইরেলবা ইমোইনু অহোঙবীনা ভায়বং নোংশা পান্দা লৈকায় পানশঙকোই, থাঙডা য়ুম্নুমচং তরেৎ শেলগাও পায়না লল য়েনবা, ভায়বং নাওয়োক নাওকোনবাবু। লহাননোং হয়িচক্‌হৈদগী পুথাঙকোক্না তৌনরম্বা। পারম পুরমচৎ অচেৎপা পোইরৈ ইরমচৎ লমদাংশাংবু লমদাং শাৎনা শৈখিজরক্কে। লহাননোংগী খোইয়ুম লাইওইনখিরবা, পোইরৈতা ফাংথিবগী মারা খে ঙগুললিনা শৈদম-জরককে।

লহাননোং হয়িচক্‌ঙৈদা। লাইগী নিংথৌ থোইকোইবা লাই-নিংথৌ পাথংবনা। কোরৌ নোংবুথোন মালেম লৈবুথোমনা অমম শিফানিক্তনা পানফরিঙৈদা। কোরৌ নোংজা অমদা লাইনিংথৌনা; ভায়বং নোংশাপান্দা নমু ভায়বং মীওইবশিংনা মালেমথক্তা

পানববু মিৎয়েং শানকৈখিয়ে। নমু তায়বং মীওইবদি, মীনি মী-মান্নরমদে, নমু পাংশোয়নাইনা পাল্লমএ। তায়বং কনাগুম্বনা লোই-মোম ফোকৈচোন তরেং শেলগাওথন, কাওরেল শলগোলথন তয়ুম নাইশীংয়াম মোংবা য়ুম্লেল সুংঙাইবদা হরাও মথোই তোংনা সুংঙাই য়াইফনা পাল্লমএ। নমু পোংবা কনানা তরা চাথুংদা, চরৈ ফিথুংদা মোংবা য়ুমলেল লিংঙমদা উনবী চকম শীৎ, চুবা খেলৈ মচিলাং, খুৎশা মোইফাংতোন্না তাঙজ লুরেলপায় পায়মা রাখল সুংবঙনা, অরাবা হকশোকলাংনা পাল্লমএ। তায়বং নমু পোংওইবশিংনা, মীনি মীমান্নদা চরৈগুম ফিগাপৈ, তায়বং পাংশোয়নাইনা পানববু মিৎয়েং শানকৈরবগা; লাইনিংথৌনা মশানৌ য়োয়বু খোইমোম অহোঙবীগী চেংলৌ শকথোং য়েংন্না রাহনথিএ।

# লাইনিংথৌনা লাইরেলবীদা হংবা লাইরেলবীনা খুম্বা

হে য়োয়বু খোইমোম নীংথিবী লাই সুরা অতেংবী। অহিং লোইদাম থাজগুম চেংলৌ শকথোং থুমথোইবী। লৈচিন নোংফেন্নদবা নোংথিন কোরৌ সুমিৎকুম্বী-ও! য়োয়বু খোইমোম ইশানৌ নঙনা! মালেম থুলগংকোয় থাঙঙা য়ুম্বুমচঙ, লৈকাই পানশঙকোয় তরেং শেলগাও পায়না; নমু পোংবুম খুদিংদা খৌজাল ললয়েনবদি অচান মীরায় নাইনা ললয়েনবা, নমু পাংশোয়নাইনা পাজহনবদি খোইমোম করি নোংগীনো? খোইয়ুম লাইগী লমচৎতি অচান মীরায় নাইফদে.

পুক্নিঙ পাংশোয় নাইফদে। হয়েং তায়বং চাদোম্না, বাঙম অদোম মখৈনা খোইয়ুম লাইবু থৌওইররোয়এ ; চেৎনা লুনা নিঙলরোয়এ। মথংলেন লাইনিংথৌ শিদবগী চীনগোয় ময়াথং নিঙথিববু তাবদা মশানৌ খোইমোম লাইরেলবীনা পাওমেনজরবএ। হে লাইনিংথৌ ইবুংঙোও ! থংলেন ইশাবী তাবিও। লাইনিংথৌ নঙগী চীনগোয় নয়াথংবু তাঙজ লুদা থোংনা। মালেম তায়বংপানবদা নশানৌ অহোঙবী ঐনা। তরেৎ শেলজা ললয়েনবা, য়ায়ফ মুংঙাই নোংদম-লুবদি ; নশানৌ ঐনা অচান মীরায় নাইরমদে পায়মা ফিগা পৈরমদে, পুক্নিঙ পাংশোয় নাইরমদে। য়োংলৈ মৈলৈ নাইনা, অহোঙবী ঐনা থৌজাল লকয়েল্লমদে। নমু তায়বংপানবদা মানা মানা তৌজমনগী মহৈবু তায়বং মানা ফংজবনে।

মশানৌ খোইমোম লাইরেলবীগী চীনগোয় পাওদমখোনবু তাবদা, লাইনিংথৌ শিদবনা পাওহংলকএ। হে খোইমোম ইশা-নৌও ! নমু তায়বংপানবনা মীনি মীমান্নদববু মানা মানা তৌজমনগী মহৈনি হায়ববু ; করি থৌরম তৌরুবগীদমকপু নমু পোংওইবশিংনা পাংশোয়নায়না পানবনো ? নথংলেন ঐঙোন্দা পাওদমও।

লাইনিংথৌগী কোলোয় পাওহংবাবু তাবদা, খোইমোম লাই-রেলবীনা পাওদমজরকএ। হে ইশাবী লাইনিংথৌও ! নশানৌ ইমোইনু ঐদি থংলেল চীনগোয় নয়াথংবু তাংজলুদা থোংনা, তায়বংবু নাওয়োক নাওকাজবীনে। তায়বং নমু পোংবচাশিংনা তায়বং মীচৎ শোয়রবদগী মানা মানা তৌজমনগী মহৈনা, মীনি মীমান্নদনা পাংশোয়নাইনা পানবনে।

মশানৌ অহোঙবীগী চীনগোয় পাওদমখোনবু তৎরবগা। খোইমোম মশানৌগী চেংকৌ শকথোং য়েংনা হরাও মখোই তোংনা রাইমলকএ। হে য়োয়বু খোইমোম ইশানৌও! অহোঙবী নঙনা থাঙজা য়ুম্বুমচঙ লৈকায় পানশঙ কোয়না নমু পোংবুম থুদিংদা খৌজাল ললয়েনবদি। নমু পোংলমচৎ করম্বা, তায়বং লীচৎ করম্বু খৌজাল ললকুবীরম্বনো? লায়রা অতোনতা, চরৈ ফিথুংদা ত্তরা চাথুংদনা পানবশিং অসিনা, নমু লীচৎ করম্বা, তায়বং মীরমচৎ করি শোয়বদগী; য়োয়বু ইশানৌ নঙনা খৌজাল ললকুরনবনো? খোরমা ননমমুক য়ামচেং মায়রৈননা হুল্লাল্লম্বনো? য়োয়বু ইমোইনু নঙনা পামজবা পায়মা নঙগী খোয়দারা উনবী নঙগী খোংজঙরা অরেপ্পা লমচৎপু করম্বনো? খোইমোম অহোঙবী নঙনা য়াদবা পায়মা নঙগী পামদবা, উনবী নঙনা মায়রৈনবা, অরেপ্পা লীচৎনা করম্বনো? তুরেল মোংবা ঈশা থাইগুম রারম মচা থাইনা নশাবী ঐভোন্দা পাউদমও।

মশাবী লাইনিংথৌগী কোলোয় ময়াথং পাওদংখোলবু তাবদা মশানৌ লাইরৈমনা পাওখুমজরকএ—হে ইশাবী ইবুংঙো-ও! ময়ায় কোয়রেল লৈকোয়পুঙ, লোইরেল থুলবীলোক খোন তরেং খোনবপুঙগী সনা ফম্বাল্লংদা পানফরিবা লাইনিংথৌও! উনবী পুক্লিঙ পীনা, পায়বা য়েল্লোয় নাক্তনা তাবিয়ো। নশানৌ ঐগী ইরমচৎ খোইমোম ইহৌশাবু পাওদমজরকে।

# লাইরেলবীনা য়াদবা লমচৎ

হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো তাবিও ! ইমোইনু ইরমচৎ থোইমোম ইথৌশা; পায়মা ঐনা য়াদবা উনবী ঐনা পামদবা; থোইমোম অহোঙবী লাইরৈমা অচাওবী ঐনা থৌজাল ললকুবীরমদবা। নমু পোংলমচৎ ফজবা, তায়বং লীচৎ চুমদবা ইমোইনু ঐনা য়াদবা অরেপ্পা ইরমচৎপু হাপ্পা তেংথাজরক্কে।

হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো তাবিও ! তায়বং নমু পোংওইবশিংনা কৌরো নোংজা খুদিংবু পুক্রিড য়ারৈচেন -পায়মা হকসোন লাংনা অয়াবা য়াহল্লবা। পামেন উফাল অকায়বদা ফম্না তরা খুৎপুন ছুক্লবা। মুমিদাং ইন্নুং য়াচঙবদা মিৎয়েং নাওশুমলবা। মোননু মুজা মথোক কারম্পীবু পানগন খুংঙমথীনা, হৈরাং শংনা চারবা। নমু মীরমচং অসিগুম্বশিংদি। শাঙলেল নাইরোইদোংনা, পামেন উনং ডাপ্পা শাংলিদি চায়ববু; লৈরাং লৈনম য়াওদবনা শীঙলেল মাবু লৈথানদবা অথুগুম্বনে। ইমোইনু ঐনা মরাল লোনয়ুময়াইদা চঙলমদে, থৌজাল ললকুবীরমদে।

হে লাইনিংথৌ ঈবুংঙো তাবিও ! নশানৌ ঐগী ইরমচৎ ইথৌশাবু মথংলেংনা পাওথাজরক্কে। তরা খুংপু ছুক ১থেল লুকোয় চাবগী লাইজ চীনতেৎ ঈবু তাংজ লুরেলতোন্দা শমলাং পাউতৈনবগুম তৈরবা। সমুহকচাংদা শেৎলিবা চরৈ খ্বাংশেৎ মনমথাংনা তৈথোক্লবা। য়োয়ময়ায় লাইরেল তাউদনবা থবীনা মথুমচঙ, মুমিদাং ইনুং ওইরবদা; শীংজা মকোই খায়রবা। মুনিদাং থাম্বী মৈগা মূংনা, খোমলেন, তুমখুল নাওশুমলবা। খুজিল

মোইফাংতোম্না খোয়মা নাকোং হোংনা পাঙতোয়রবা মদোম মালেম লৈমায়থক্তা, লয়ি চোইথা খোংনা পাওশারবা। শমু মহকচাংবু থুংশা মোইফাংতোম্না য়ৈনা য়াবা খোঙ্গেল খোকহল্লবা। নমু মীরমচং অসিগুম্বশিংগী ; মোংবা ময়ুবলেন্দি মিংযেং তোরান থারমদে শমু তুংওম্ননা থৈদোলককএ। খুরান লেংঙম্না য়াহায়বা, পুক্নিঙ লম্তান পেন্দবা, মীরল পুক্কে খনববু পুক্নিঙ অপামচঙ পায়মা চোয়থা হকপা। নমু তায়বংশিংগী মোংবা মকাইফমদি, অহোঙবী ঐনা মিংয়েং শানকৈনরমদে থোজাল ললকুবীরমদে।

হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো তাবিও! নমু মীরমচং হৌনদববু চংলবা, তায়বং চিঞ্জাক চাহৈদবনা তরা পুকথল্লরবা অচিং খোমলেল তুমখুনবদা চরৈ খ্বাংশেং শেত্তবা, নমু মতৌ অসিগুম্বশিংগী মরাল লোনয়ুময়ায়দি, ইমোইনু ঐনা থেকনা কোইনা হুল্লম্লমএ।

হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো তাবিও! লেমলৈ ঙাচাম ঈ, তরা চেংজাম ঈ, শমু খোংশেং ঈবু, গুমাং নোংলাংপান্দা, লাইজ ফাম্না চাইনা হৈদেক্লবা। নুমিদাং মৈরা মুংনা তরা লুক্কোয় হুক্রবা! তরা খুংপুন চারিঙৈ, নোইনু খুম্ফু শোক্লবা। লেমলৈ ঙারুক হুম্লবা তরা চেংফু পায়রবা। নমু মীরমচং অদুগুম্বশিংগী মোংবা মরালয়ায়দি। নশানৌ ঐনা শামু মায়রৈনরনএ, থোজাল ললয়েন থুংলমদে।

তরা লুক্কোয়খোং মথেল লুক্কোয় ওংপদা কোংয়াঙ খাবৈ তেক্লবা : অদুগুম্বা তরা মথেল চারবা। য়েলাং মথেল ফুংনফু য়েনশাং থোংনবা য়ুরান্দা থোংবা চাকপু তম্বা ওইবনা চারবা। নিথংঙ ফিদা য়াওদনা, মালেম লৈদা ফম্না তরা খুংপুন হুক্রবা

'তরা লুক্লম অরেম্ববু মদোম হম্মা চারবা। নমু পোংলমচৎ অসি-শুম্বশিংগী মোংবা মকাইফমদি ; ইমোইমু ঐনা য়ামচেৎ ইমন মুক-লকএ, হম্মকস্তু য়েংলমদে। পামেন শেকচপ থাউনা, শমু হক্তা তৈরবা। মদোম শীংলেল তোংদমপুন লৈরাং ঙক্কোয় শেম্না মদোম শিঙলেল লৈথেৎনরবা, তম্বা নুপা অতুশুম্বশিংগী, মরাল লোনয়ুম-য়াইবু, অহোঙবী ঐনা শমু মায়রৈননা হুল্লাল্লমএ।

হে ইশাবী ইবুংঙো তাবিও! শংলৌ লিচংপা য়েলাং মঙ্ নাইদবা, শেবোৎ মাইরেল মথা লীৎনা চৎলবা। চরৈ ফিরানথোক শেঙ্গম পোনলীৎলবা। মোংবা থরাই থোঙ্গাল লীৎনা থোঙদোইরবা। ইনখেল চাওগোইনুংগী, শগল মতাই কাঙনা পল্লিৎলবা। নমু লিচৎ অসিগুম্বাশংদি, শুম চারবা কোঙয়াংশুম ময়াই চমলবা মপোক্লে। নমু লাচৎ অসিশুম্বশিংদি ইমোইমু ঐনা থোজাল লল-য়েল থুংলমদনা খোঙশাল্লকএ।

পায়মা খুশান চৎতবী মিৎয়েং কারম্মদবী, উনবী পুক্লিঙ চুম্বী, মুজা মথংলেলবু খোইয়ুম লাইওইননা থৌগঞ্জবী। মোমমু তালোয় মশানৌবু লঙজ অয়োন. লৈতনা শমু ঈথেং থোক্লা চৈথাবা য়াথং অথাথোক্লা বা হায়বা, শমু খোঙগাওননা বারকপা, মোমমু মীৎস্না থম্বালদা পিরেল খকমতানা মপাম য়ুমদা কুম মতু য়ুমদাহনবদি। অতুশুব্বা তম্বগী মরাল লোনয়ুময়াইদি ; নশানৌ ঐনা মিৎকুপ অমতস্থু পল্লমদে, য়ামচেং ইনম মুক্লা, খোয়মা মায়রৈনরকএ।

মুজা মথংলেনবু খোইয়ুম লাইওইনবী উনবী পুক্লিঙ লেপ্পী শমু মহকচাংদা মুরা কুরোন পঙ্কবী। য়াবা মুজা নমদবী মিৎয়েং

কান্নমদবী, নাকোং ব:পৈ তাদবী, চেংলো শকপাম্থোংবু মকাফোংদবী; থংলেল চেংলো শকউননা পুক্লিঙ চাচন চেৎপী, মোমমু য়াবা মখোলজেন্না, চীংশাং খোইরেলহৌগুম থুমখোইবী ; থংলেন লাই-ওইনবী, পুক্লিঙ লোইরান চৎতবীশিংবু। ব্রাথল কোৎলো করাম্বা অপাম লাঙ্গোয় হকপা উনবী পুক্লিঙ লাকস্তমদবা য়ারো শাগী লিন-জেনগুম্বা নুপানা মোমমুগী অরেপ্পা পুক্লিংবু ঙমএ মতিক য়ৈখাই-ববদি। তম্বা মুপাশিংতুগী মথরায় মনিরেলদি য়াইফ-মহৈ পান্ন-রোইয়ে। অদুগুম্বা মুপাশিংগী মরালয়াইদি, ইমোইমু ঐনা মিৎচি-ভোম্নমকসু য়েংলমদে, চেংলো নিৎপু থুম্না হুল্লাল্লমএ।

## লাইরেম্বীনা য়াদবা নুপীগী লমচং

হে লাইনিংথো ইবুংঙে-ও! নশানো ঐনা য়াদবা ইমোইমু ঐনা পামদবা ; মোমমু নুজা ওইবী শমলাং ওইরম লৈবীশিংগী মরমচৎপু থজিক্কা পাওথাজরককে। হে থংলেল ইশানীও। পায়না পুক্লিঙ পীনা পুক্লিঙ শেল্লোয় নীক্তনা ভাবিও। কোরো নোংজা থুদিং চরৈ ফিনৌ হোংনা শানশেম্বী পুমুং লেপ্লাম্থোং চেংলো শক-পাম্থোংদা মশেম্বী। চরৈ ফিগুমুংগী উনবী পুক্লিঙ মোংনা পাযমা হিথোলাংবী। চীনবান লাংবন খোইহি তৈনা পুক্লিঙ ফিরোল নাইবী। চীবান মোইকা ফাকনা মীনোকপী। পায়মা লৌথুপ কোইথাননা, হৈরাং লমলানচা ভাওজিং লমমুক্তবী। থংলেন নমদা হুম্না, চেংলো মশক শেম্বী। তম্বা মীরান উরগা মিৎমৈ কারল চিংনা, মিৎয়েং নোংথাং কুপ্পী। পাখং মথোক কারকপবু পুক্লিঙ

অপাম চঙনা পায়মা ইরাং হৌবীশিংদি। মোমন্নু নুংঙমথী, লিক্লাং পাওহোংলবীও কৌএ। অদুগুম্বী মুজাশিংদি নশানৌ ঐনা পামজদে, ইমোইন্নু ঐনা য়াজদে। মরাল লোনয়ুময়ায়দা চেংলৌ মিৎচিতোন্নমকন্নু য়েংলমদে, য়ামচেং নম্মুক্লনা হুল্লাল্লমএ।

হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো তাবিও! মোমন্নু তাঙজ তুপুবী য়াথং অরাক্লনা পাওপাবী। চীঙাক থুৎতম নাইনা রারম লৌথুপ চাওবী। য়াথং নুঙগায় হুনগুম্না থংলেল নম্মুক্লবীশিংগী মরাল লোনয়ুময়ায়দি শমু ইনম মুক্লা হুনজেক্লমএ। মতৌ লিনজেন ক্ষৎভবনা, পুক্লিঙ মহৌশা ওইনবী ফত্তবীশিংগী মরমচৎতি, শীঙথাতুনা লোইতমলোইএ। মোমন্নু নুজা ওইবীনা, পুক্লিঙ রাপৈন্নবদি অহোঙবী ঐনা য়াজদে থৌজাল ললয়েন থুংলমদে।

হেং থংলেল ইশাবী তাবিও! মোমন্নু লিচৎ নীংথিদবী পায়মা হিথৌলাংনা মিৎয়েং তোরান থাবী। ঙরা চথোম তোংদম চাউনা চাবচা অমুন, তানবীশিংদি ইমোইন্নু ঐনা য়াজদে মকাইকাদা চঙলমদে। মোমন্নু পায়মা কলহৌনীক থম্মোয় কঙ্গাও মৈরা হৌবী শমু মথোঙ থীম্না তিল্লাং মথোয়শাওনা রাহম্বীশিংদি, নশানৌ ঐনা পামজদে। মরাল লোনয়ুময়ায়বু য়ামচেং ইনম মুক্লা, খোঙকাপ ইরায় চাওনা খোঙরায়রকএ। মোমন্নু মুজা ওইবীশিংনা, থংলেল চীনগোয় ময়াথংবু চীনবান হোয়য়া ফবী; পায়মা উনগোয়ন্নুংদদি, পুক্লিঙ থুরাম্না, বাঁথল তোঙাম্না থনবীশিংদি; অহোঙবী ঐগা য়েক্কনৈয়ে, মরাল লোনয়ুময়ায়বু হুল্লাল্লমএ।

কোরৌ মোংজা খুদিংগী কৈরোয় মতা খুনপোইবী, লৈকাই খুল্লক কোয়গনবী, মীরান মোইথেম পাওনৌদা মোমঙ্গু পুক্লিঙ চঙবী-শিংদি তাঙজ ইকাইববু লাম্লংজৈয়ে। অসিগুম্বী মুজাশিংগী মোংবা ময়ুম্লেলদি ; কোইনা লাপনা থৈদোকলবএ। জুজা মথংলেলনা, অমন, য়ায়থোং কুমববু মোংনু থাশিদরবী হৈচা মউকন পামেন, উন্নাই হক্লবীশিংবু, তাউজিং হৈরায়নরবদি তম্বা মুপারুপ পুম্নমক্কী পুন্সি চেঙজেন ময়েং তায়ে। অদুগুম্বী হুজাশিংগী মোংবা মশঙ-লেলদি- ইমোইম্মু ঐনা চঙলমদে।

হে থংলেন ইশাবী ইবুংঙো তাবিও! খোয়মা নারোনমুংগী মরিংগী য়াঙ্গেল তোনপুঙবীনা মালেম লৈমায় তকপবু ; শুমশিং মত্তোন হাইনা রাইশীংলবী। তরা খুংপুন হুক্লিবৈ মোংবা ময়ুম-লেলবু, উফুল লৈমায় তক্লবা। অদুগুম্বা শঙলেলয়ায়দি- ইমোইম্মু ঐনা চঙলমদে মিংয়েং শানকৈবীরমদে। শুমশিং খুংলাক পায়রুরগা লাইজ ঈবু শোক্লা, শমু খুংশেংদ্রবা। অদুগুম্বীশিংগী মরালয়ায়দি ; নশানৌ ঐনা থৌজাল ললকুবীরমদে। উনবী চফম তানবগী, তরা চাক্তং লুথাকপু, মোংবা য়ুমলেনয়ায়দা চাইনা থমলবা। মুমিদাং চারা তানবগী তম্বা মথেল লুথাকপু ইন্নুং লেম্না চাইনা থম্লবা অদুগুম্বা শঙলেলয়ায়দি থৌজাল ললকুবদি হায়রুম্মু অহোঙবী ঐনা রাংলেল মিংকুপমরুমদস্থ পল্লমদে।

হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো তাবিও! মোংবা য়ুম্লেলয়ায়দা শমু খোঙকাপ থাংবগী শমু থুয়া উফুম্না মালেম লৈমায় চাইরবা মোংবা য়ুমলেলহুংদা খোঙকাপ নাওরোই থাংববু তরা চেংজোয় ফৌঙ

খোন্‌গুম, খোঞ্জেল য়াবা খোক্লা, হক্লা খোঙথাংলবা, অসিগুম্বশিংগী মন্নালয়ায়দি ; ইমোয়মু ঐনা চঙলমদে, য়ামচেং মায়রৈনমকএ। মোংবা ময়ুংলেলগী, পোৎশী পোৎলোইবদা শমু খোঙনা কাওনা পোৎশেন্না। অসিগুম্বশিংগী মকাইফমদি, নশানৌ ঐনা চঙলমদে, থৌজাল ললয়েন থুংলমদে। চৈরৈ মোৎনা শেৎপী খ্বাংশেৎ নিঙফম নাইবী শমু থুৎশা তোম্না তাঙজ শমলকথায়না হীকমাগনবী। খুজিল মোইফাংতোম্না হিককু শংখোঙ শীৎনা পাওতোয়গনবী। শমু মহকচাংবু মুৱা কুরোন থাংবী হকচাং মনম নমথিবীশিংদি। অহোঙবী ঐনা য়াজদে, খোয়মা ইনমমুকনা হুঞ্জেক্লমএ।

হে থংলেন ইশাবী তাবিও! য়াবা শুজা নম্বী. চেংলৌ মমিৎ শূক্লা মিৎয়েং থানা চোয়থাহকপী। ইঙা নোংলেন খোংগুম থম্বুং ঙংনা ইশৌ লাংবী। চীনবান মোইকা পোম্না খোয়শাওবীশিংদি। নশানৌ ঐনা নকলূদে ; মোংবা মকাইফমবু থেক্লা কোয়না খোঙ-শাল্লকএ। মরাল য়ুমলেলয়ায়বু চাইনা অহিং খোমলেল তুমথুল্লবা। নোংলেল অয়ুক য়াকৈবদা, চেংলৌ মিৎকা নোইনা, শম্লাং তেনকা-ফানা মোংবা য়ুম্নিংখোঙদা য়াহৌবীশিংদি। ইমোইমু ঐনা পামজদে, মরাল লোনয়ুময়ায়বু চঙলমদে। মপারী শিংনবা মমে'ম রোক্লবা বারকপবু য়ারেল খোঙথৈচীক, য়াথং অথাথোক্লা মীচৈবী। থংলেন মপুরোয়বগী চীনগোয় ময়াথংবু শোংকিদবী। পায়মা নাশি থাংবী মোমমু ইবায় কনবীশিংদি। নশানৌ ঐনা থৌজাল ললকুবীরমদে। নাপা শাইগং থেৎনা পাওথিবী, কৈরোয় মতা থৎনগনবী ; মোংবা ময়ুমলেলগী অফ ফত্তমনবু খুল্লক কোয়না পাওতোয়গনবীশিংগী

মোংবা ময়ুমলেলদি, ইমোইন্নু ঐনা চঙলমদে, থৌজাল ললয়েন্ থুংলমদে।

তরা চেঙজেল থাইবদা চেঙফু মথোল থোক্না ওংন চেঙথাইবী; তরা চেঙনিঙ থাক্তনা য়েনলাঙ য়েন্নিঙ থাক্তনা ফুহৌবী তরা মথেল লুক্কোয় থোংবদা তরা চাকশৌওৎ য়েনলাঙ য়েনশৌ ওৎপদা, ফুরেল মথোল থোক্না ফুওৎপী। য়ুবাননুংগী শংলৌ মথেলবু থাবৈনা কোৎন্না মনম নম্বী। তরা চনিঙ থাক্ত, য়েল্লাঙ য়েন্নিঙ থাক্তনা চাকথিবী। অদুগুম্বী মুজাশিংগী মোংবা ময়ুম নাক্তি অহোঙবী ঐনা নকলুদে, য়ামচেং মায়রৈনরকএ। মোমমু মুজা ওইবীনা শংলৌ লীচৎপা য়েলাঙ লীনাইবা খোংক্রম, মাইরেল থায়হৈদে। মুম্মিদাং ইন্নুং অমম্বদা, শংলৌ য়েনশাং মকোই লাংফদে মরোয় মপাং হেকহৈদে। অসিগুম্বা তায়বঙ মরালয়ায়দি ইমোইন্নু ঐনা চঙলম:দ।

হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো তাবিও। থংলেন মপুরোইববু খোইয়ুম মহকচাংনি থন্দবী। মনেম মকুবু, পলেম পম্থৌ শক্না, পায়মা থাগোম্নদবী। থংলেন মশাবীবু হুন্না থুল্লক কোয়না পাওশাবী। থংলেন মপুরোইবগী চরৈ নমথাংবু, শমু খোঙনা শোক্না ফিশেম্বী। মপারী মমোম মুংচানববু শমু খোঙনা কাওনা রারকপীশিংদি। ইমোইন্নু ঐনা য়াজদে, মরালয়ায়দা চঙলুদে। তরা চেঙজেল চামদনা য়েল্লাঙ য়েনচামদনা ফুহৌবী। শমু খোঙশুনথক্তা থম্না, তরা খুৎপুন হুকপী। মথেল লুক্কোয়মুংদা ফুম্না লেম্নৈ ঙাতুম চাবী। মথেল লুক্কোয় অশেম্ববু, কান্না শম্না খোঙরায়বী, তরা খুৎপুন হুক, তাওজিং

হৈরায়নরগা শমু খুংহানদা চীনবান মোইকা তেংদবীশিংদি অহোঙবী ঐনা য়াজদে মরাল লোলয়ুনয়াইবু হুল্লাল্লমএ।

কৈরেল মুংগী লোইমোম ফোংহাপ্পববু ফোরেল চরা থাইবদা খুমোক চেপ্পা থুনপেকপী। লোইমোম ফোবৈতোনগী, ফোদোন অতুম্ববু লাম্না ফোথাইবী। ফোরেল চরা থাইবদা, ফোনিঙ থাক্না হঞ্জিন্দবী। অতুগুম্বশিংগী মোংবা, মকাইফমদি ইমোইমু ঐনা চঙলমদে থোজাল ললকুবীরমদে। তরা চেঙজোয় তানবদা উথাও শুকখ্বাং লাকপদা থুংপাক তিল্লাই মেম্না ফোশুবী। পামেন উক্রোং অকংবগী খোনক্ষম থোক্না চেঙজোইবী, খৈনা য়াংকোক মথক্তা শমু খোঙনা নেংনা ফোশুবিশিংদি। মশানৌ ঐনা, রাংলেন মিংকুপ মরমদস্তু পল্লমদে।

নোংলেল অয়ুক য়াকৈরকপদা, শমু চীনফু মায়তাদনা চরৈ ফিরুক শোল্লবা তরেং শেলগাও হুমলবশিংগী মবালয়ায়দি। খোয়মা ইনমমুক্না থৈদোল্লকএ। শমু হকচাং শাস্তংবদা চরৈ পুন্না চোত্তবী। লাইজ ঈশিং ঈরানবদা, চরৈ ফিজুম থাদবী। পুল্লাং লুরোই থোংদনা থুংনা য়াম্না ঈপুবী। চরৈ মখ্বাংশেংপু শুনদনা, য়ুনুং চঙনা ফিহোঙবীশিংদি। থোজাল ললয়েন থুংলমদে খোয়মা মনাক নল্লমদে। থাঙলেন মথুংস্তু তিমেন মথুংপায়বু; শমু খোঙগাগুনবী সুমিদাং ইন্নুং য়াচঙবদা, রুমলেল মৈরাথুংনা থম্বী। তরা মচেঙজেল শংলৌ ময়েঙ্গাং, তরেং মশেলজাবু, শমু থুংনিঙ, থাকনা ঙসি হয়েং নোংশী নোংদমদবী। মহৈ মশিলস্তু মথুংস্তুবু শিল্লম মনিঙ থাকনা নোংদম্বীশিংদি। থোজাল ললয়েন থুংলমদে মরালয়ায়বু চঙলমদে।

হে থংলেল ইশাবী তাবিও! শুমাঙ নোংলাংপান্দা, মোংবা য়ুমলেল কাচিন্দা, তিল্লাং তোয়না থাকশীংনরিবী। নমু মীরক তিনবদা চরৈ ফিজি হাইনা চংপীশিংদি ইমোইন্নু ঐনা থৌজাল ললকুবীরমদে মোমন্নু মোংবা মন্নালয়াইবু, কান্না চোংনা খোঙদোইরকএ। তায়বং শমু মহকচাংবু খোইয়ুম লাইফম্নি খঙদবী। মোংবা ময়ুমলেলগী, যু·জাও কারেল পুরিবা, চীঙড্ন্ ফানখোঙ অহুনবু, য়োংশবী ফমহোং তোয়রবা। মোংবা ময়ুম য়ুমজাওগী থাঙড়া কাবুম খুদিংদা, খোইয়ুম লাইফম লৈববু চীঙড্ন্ লাইশক খঙদবী খোইয়ুম থৌরম তৌদবীশিংদি। অহোঙবী ঐনা য়াকদে থৌজাল ললয়েন থুংলমদে। মরাল লোনয়ুময়াইবু, খোয়মা ইমায়লৈ য়ামচেং ইনম মুকনা ইমোইন্নু ঐনা হুল্লাল্লমএ।

## লাইরেলবীনা য়াবা মীওইবগী লমচৎ

হে কোরৌ নোংথৌরেল অপানবা; তায়বং থরায় পুম্ননককী লীক্লেং লংশুংয়াইও! নশানৌ ঐনা য়াজবা ইমোইন্নু ঐনা পামজবা তায়বং মীরমচৎ নী·থিবা নমু পোংলমচৎ অফববু মথংলেংনা তেংথাজরক্কে। হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো তাবিও! কোরৌ নোংবুম অমুগী তুথুপ অহুন খঙনা খোইয়ুম লাইবু মায়রোয়নবী। কোরৌ নোংথৌরেলদা উনা মায়থোং য়াম্না লমহৌরকপা, তায়বং থরায় অপকমাবু লাংবন কাওরেল শেনশুন শেনবীরিবা। চীঙড্ন্ নতীক অঙানবা খোইয়ুম নয়াই অরাবা শিদয়াই নাদয়াই ওইরিবা; হয়ি মিংলেল শিদববু শোম্না লৈরম্ববু তাবদা, নশানৌ ঐনা শমু খোঙকাপ বায়না চংশমদে; তায়বং মম্নালায়বু থাদোক্নুনা খোঙকাপ

ন্নাওরোই থাংলমদে। অদুগুম্বা নমু পোংওইবশিংগী, মরাল লোন-য়ুনয়াইদা মোংবা ঘুম্রেল্লমা শক্লা, ইমোইন্থু ঐনা য়াঙ্গোইরুইএ। কাওয়েল শলগোল থন লোইমোন ফৌকৈ থন তরেৎ শেলগাও থনবরু ললকুমীরমএ।

উনবী পুক্লিঙ চুম্বা, পায়মা লৌথুপ নাইদবা য়াথং রাচুম স্থবা তম্বা মাগী মরানবু নমু অতেংপ্পদা পাওথৈদবা; তম্বা নুপাশিংগী মরালয়াইদি। ইমোইন্থু ঐনা, খোয়মা মায়রৈনবমদে, থৌজাল ললকুবীরমএ। পুক্লিং বারক চেৎপা, লায়র অতোন তারবশিংবু; থৌজাল ললকুহৈবা অতোপ্পগী মরালবু ভাকপীহৈবা। পাঙ্গল চৈশৌ শোল্লবা, তম্বা মথা পোনবশিংদা, খোলক্ষম অধীথোক য়াথং চৈথা হওবা, ভমএ খঙনা থৌতোংদবা; মীরান পাওনিলখোম্না পুক্লিঙ ইশৌ লাংদবা মোমনু তালোয় মশানৌগী, উনবী পুক্লিঙ পুকথিন-খোন্দা; বাখল লৈচঙ থেম্না কঙ্গাও মৈরা হৌদবশিংগী, মরাল লোন-য়ুনয়াইদি; য়াংচেং ইনন মুক্লক্তে থৌজাল নিংয়েং শানকৈরমএ।

হে ইশাবী ইবুংঙো লাইনিংথৌও। উনবী পুক্লিঙ পীনা তাবিও। উনবী পুক্লিঙ তপ্পা রারম অনি ভাংদবা তম্বা নুপা খোক্লা নিংচৎ উরোং থিনবা। পায়মা নাইন্থু থা দবা উনবী খুক্ষম চেৎপ-শিংগী। মোংবা য়ুংলেল মকাইক্ষমবু; কোরৌ নোংবুম হাওদনা থৌজাল ললয়েন থুংলমএ। মীবল পুকৈ থনবরু অপাম পুক্লিঙ চঙনা কলক মিহৌ থোইদবা শিলক্ষম মথূংস্থবু কলক মিহৌ চাওবা। থৌরম মনিঙ খাক্লা থৌথমদবা। তম্বা নুপাথোক্লা থৌরম অরোই তানবা। নমু পোংবুম অদুগুম্বশিংদি। নশানৌ ঐনা য়াজৈএ,

থোঙ্জাল ললকুবীরমএ। মোমমু মুজা ওইবীশিংবু, পলেম মম্মশক্লা লমলোয়নবা! মথক অহল ওইবশিংবু পন্থৌ মপাশক্লা লমলোয়নবা। থুমুং পুরারী অচেৎপা অহল মরা হেকথোংদবা। য়াংদৌ শম্না চত্তবা, তায়বং পুন্সি লমদাংশাংবু, লৌশিং মৈরা থাম্না লমলেল পন্থ্ঙ তানবশিংগী মোংবা মরালয়াইদি। ইমোইমু ঐনা ইথোঙনা চৎনা য়াঙ্গোইরুইএ।

শমু মহকচাংবু শেংহৈবা, চেংলৌ মিৎয়েং চুম্বা তাওজীং হৈশক থঙনা হৈচাবা, শীঙলেল লৈশক থঙনা লৈচিনবা তায়বং চাকচা ঙৌখিবা, তরা চাক্তুংদনা পুকথনবা, লাইজ ঈথক্তনা ঈম্নোকপা লৌশিং লাংথাক কম্না অপক থুম্নান থৌরম্না তারবং পুকচাক থান্দবশিংগী মোংবা মকাইফমদি; অহোঙবী ঐনা মিৎয়েং ভোরান থারমএ, থোঙ্জাল ললকুবীরমএ। লায়র অতোন তারবশিংদা থম্মোয় লৈগুম থোংহৈবা। নমু তায়বং মীহিংচা য়ারৌ শারমচৎ মানবশিংদা; শারেল নোংশাগুম কনহৈবা; নুরা মথোক্লবপীগী পুমুং লেপ্পাম্থোংনা পুক্লিঙ শেলোয় নীক্তবা; পায়মা ঈরা চেন্দবা। তম্না ওইবা মরমচৎ মুপা ওইবা মশিনশাং য়াঙবী থোঙথাং কায়দ-বশিংদি। মীথোই মীহেনববু ললকুবীরমএ।

মোমমু তাল্লোয় মশানৌবু মোংবা য়ুম্নৈল্লমা ওইনা ভায়রোই-নবা মরাল ইখোল চাওগোইমুংবু পল্লোন বাংনা কোনখাবা। মোংবা থরাই থোঙ্গালবু থোঙলোন চেৎনা কোনথিংবা। মরাল ইখোল চাওগোইমুং, তরা কৈথেল কাহনবা; মাঙ্গোল খেঞ্জোংলাংদা ফম্না পায়মা হীরেকোম্না লুথুম্বা। লোইদাম থাজ তরানিথোইবু

থাজ চেংলো শকথঙবা। নুমিৎ শাংবুম কুম্থানিবু মাকথৈ থোকাই খোঁথঙবা। নুমিৎ চয়োল ভুরেংনিবু চয়োল লাংলম থঙবা কোরৌ নোংবুম অমগী তুথুপ অহুম স্তববু, থৌরম শিস্থা কায়দবা মোংবা ময়ুম য়ুমজাওলেলগী, খোইয়ুম লাইশক খঙনা ইরাং থৌনি তৌজর-বশিংগী ; মরাল লে নয়ুমগাইবু থাদোক্তুনা ; খোঙকাপ নাওরোই থাংচমদে য়ামচেং ইনম মুক্কা খোয়না ইমায় লৈঙমদে ! অদুগুম্বা ভম্বা মরালয়াইদি ইমোইনু ঐনা লমদল্লি। ভরেং শেলগাও থন, লোইমোন ফৌকৈ থনববু লেপনা থৌজাল ললকুবীরমএ।

## লাইরেলবীনা য়াবা নুপীগী লমচৎ

হে লাইনিংথৌ ইবুঙঙো তাযবং থরায় য়োয়হেনবা কোরৌ নোংথৌ পুঙনাবা থংলেন ইশাবী ইবুংঙো। উনবী পুক্রিঙ পীনা পায়না শেলোয় নীক্তনা তাবিও ! নশাবী ঐনা পামজবা, ইনোইনু ঐনা য়াক্তবা ; মোংবা য়ুম্লেল্লেমা শকপী ! ভরেং শেলজা ললচেনবী মোমনু নুজা নীংথিবী, ইমোইনু ইহকচাংগুম্বীশিংগী মরমচৎপু নথংলেংনা তেংথাজরক্কে।

হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো তাবিও ! মথংলেলবু লাইওইননা থোগজবী। মোনমু য়াবা মশোলজেলনা চীংশাং থোইরেলহীগুম থুমথোইবী। নুজা চীনগোয় মপাওমেম্মা ইনুং শোইয়াইমগী, লাইজ ঈরিকলাইগুম মথংলেলগী পুক্রিঙ ফাবী। অয়ুক কোম্থা হৈবী নুমৈদাং কোজ্ঞন হৈবী। মরাল য়ুমলেল ঙমচিংবী য়ুমলেল মঙন চিহুন্দবী মোমনু লমচৎ চুম্বীদি, ইমোইনু ইহকচাংগা মাম্নবীনি। অদুগুম্বী নুজাশিংগী, মরাল লোনয়ুময়াইদি, কোরৌ নোংবুম

হাঙদনা ইমোইন্নু ইথোঙনা চৎনা অহোঙবী ঐনা য়াঙ্গোইরুইএ। মরল-মথুম চাওথনববু মচা চারোন লোনশিন্না, অফবা মহৈ পানববু ললকুবীরমএ।

হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো তাবিও। য়াথং হেকথোং নাইদবী মোমন্নু পায়বা উনগোইন্নু বু পুক্লিঙ চাজন চেৎপী। থংলেন মপু-রোইবগী তরা চাকহেন্নবী। শিন্নৌ মোইরাং য়োংকুম, পুক্লিঙ রাচুম সুবী। থম্মোয় হানৈ চেন্দবী পাযমা লৌথুপ কোইথাননা ভুনুং লংলা পুনহন্দবী। থংলেন মশাবী নঙনা মোমন্নু চেংলৌ মকাফোং-দবী। মপারী মমোম সুংচানবীগী থংলেল মশাবীগী মোয়মোয়নবা পায়মা হীরী কোনহৈবী। তুজা মহাক অতুদি মোমন্নু লাইবক ফবী, মোংবা য়ুম্রেল্লেমা কৌএ। মোমন্নু অতুগুম্বীশিংগী মকাইফমদি য়ামচেং ইনম মুল্লকতে, খোয়মা ইমায় লৈরক্তে, কোরৌ নোংবুম খুদিং চঙনা থোজাল ললয়েন থুংলমএ। তায়বং পুম্সি লমদাংশাংবু তরেৎ শেলগাও চোল, উনবী চকম তোঙ, চরৈ ফিরোম্নাইববু তানফংজৈএ।

অহল লাইওইরববু লমজায়বী থংলেল মপুরোইবগী মনি-রেলবু, নেৎনা কান্না চত্তবী! লৈকাই মচেম মনেমবু কৈরোয় মবুং মৌপুরাবু, য়েক্সা কল্লক থমদবী। কোরৌ সুমিৎ খুদিংগী লৈকাই থাম্বী মৈরৌদবী,ময়াল থাম্বী মৈমুত্তবী। তরা চেঙজেল রাৎপম্ন, শংলৌ য়েল্লম লৈতবম্ন নোইন্নু থুমজা রাৎলবম্ন য়ুম্রেল পম্বাং লান্না নিদবী। উনবী চকম পায়না, কোরৌ নোংলেম্না খাঙহৈবী। থংলেল য়াথং চৈহুকপবু, লৈকাই মীনোক অখাববু, শমু তুংলম হুম্না

মথংলেল থোগল কায়দবী। পুক্লিঙ ইশো লাংদবী, পায়মা থুক্ষম হোংদবী, মোমগু লমচৎ কায়দবীশিংদি। অহোঙবী ইহুকচাংগা পানথক্লি। অহুগুম্বী মোমঙ্গু মরালয়াইদি, নশানৌ ঐনা থাদোক্কে, তরা অচা বাংতা চৈর অশেং বাংতববু ললকুবীরমএ।

হে থংলেল ইশাবীও! উনবী পুক্লিঙ পীনা পায়মা শেল্লোয় নীক্তনা তাবিও! নশানৌ ইমোইঙ্গু ইরমচৎ অহোঙবা ঐগী ইহৌশাবু, মথংলেংনা তেংথাজরক্কে।

মোমঙ্গু পুক্লিঙ লুবা, চৈরে মোৎনা শেৎত্তবী। খ্বাংশেং নীংফম নাইদবী; মোমঙ্গু শমু মহুকচাংবু, স্বরা কুয়োন পকত্তবী। তম্বা মীরান ময়য়োক্কা, গুজা চেংলো শকথোংথীবী। থংকেল মায়যোক্লনা চেংলো মকা ফোংবী। চেংলো শকপাম্থোংবু শকশেমদবী; পায়মা উনগোইঙ্গুংদা শকশেম্বী। পুক্লিঙ ইশো লাংদনা য়ুমপানবী পায়মা হাৱী কোম্না, য়ুমজাও ফমলেল ঙমত্তানবীশিংদি। ইমোইঙ্গু ঐনা য়াক্কেএ, কোরো নোংজা খুদিংগী মীৎয়েং তোরান থারমএ। অশেং অচা ব্রাংত্তববু, লেপনা, ললকুবীরমএ।

হে লাইনিংথো ইবুংঙো তাবীও! কৈরোয় মচেম মনেম্না লৈকাই থাম্বী মৈনিরববু কোরো নোংবুম অমদা, মৈথাঙ অহুমলক পীহৈদে; মোংবা য়ুনলেল লিংদবা লম্বোই লাইবু নিঙবনা তরা চেঙজেন নিরবস্থু, লায়র অতোন তারবা নমু পাঙ্গল শোল্লবশিংনা, তরেৎ শেলজা নিরবস্থু। কোরো নোংবুম অমদা, থেনখাং অহুমলক হাপক্ষদে। শেলগাওনুংগী তরেৎ মশেলজাবু, মরূপ ঙুংচানবা ওইহুনস্থু, নমু মীরান অতেংপ্নদা শমু মথুৎনা ফংনা লৌহল্লবা।

লোইনে'ম ফৌকৈনুংগী মফৌবু নমু মীরান অতে'প্পদা শমু মথুংনা থাইনা লোইল্লবা। চেঙফুমুংগী তরা মচেঙজেন, থুমফুমুংগী মোইনু মথুমজা, ভারুকমুংগী লেমলৈ মভাবু; শিংলুপু মথুংগুগী খুৎলাইবু মোংবা ময়ুমলেলগী মপোৎপু, নমু মীরান অতোপ্পদা, শমু থুংনা কংনা লৌইল্লবদি; অরেং ললগে ময়েং তাইএ। লোইমোম ফৌকৈ ময়েং তাইয়ে। নোমনু লমচং অসিগুম্বাশিংদি, ইমোইনু ঐবু মী-রাইবীনে। লাইরু চুদংনবরু তানফংজেয়ে।

লমচং অসি খঙনা পোংথম গোংলা হৈবী, ফৌকৈ ললকৈ থাইবরু নমু মীরান অতে'প্পগী, শমু মথুংনা ফংনা শোনহনদবী। মোংবা য়ুম্লৈল্লমা মখুংমক্কা, কৈনিঙ থাক্কা থাইবী; পোংনিঙ থাক্কা পোংথাইবী য়ুমলৈনা লমচং কায়দবী ইমোইগু ঐবু নিঙবীশিংগী, মরাল লোনয়ুময়াইদি; অহোঙবী ঐগী তুঙনকাম্ম। অল্লাং-অপা নাইদরবু লেপনা ললকুবীরমএ।

হে থংলেল ইশাবী! উনবী পুক্কিচ পীনা তাবিও! ইমোইনু ঐগী ইরমচং; অহোঙবী ঐগী ইহৌশাবু মতাংনাংনা পাওথাজরকে। সনা কৈথেল্লেন্দগী তরা চেঙজেন রললুবা, য়েল্লাং য়েল্লম লৈরুবরু, চেঙফু য়োদনা ফুহৌবী; য়েল্লাং য়েল্লুক য়োদনা য়েম্হোংবদি, মশানৌ ঐনা য়াজদে। লৈবাক কোয়না ললতাললুবদা খুলগাং কোয়না শিল্লংলুবা, সনা কৈথেল কানা ললতাল্লুবদা কংজরকপা মপোৎ মরল থৈবাকপু, মোংবা মকাইক্কমদা হল্লকলগা, মোংবা মরাল যুনলৈমা য়ুমজাও শঙবী লাইরেলবীদা মপোৎ মরল শিন-নবী পোংথম পোংলী চেৎপী; অরেং শেলজা থাইরমদাই, অয়ুক

চন্না থোংলমদাই, নুমিদাং ভরা ফুহৌরমদাইদা। ময়ুম য়ুমলেল পোংশঙবী লল্লগৈ শোজৈ পায়ুবী, য়ুমলেল লৈবা লাইরেলবীদা; তাকনা নিনা পোংথাইবীশিংগী মোমন্নু মোংবা মরালয়াইদি অহোঙবী ঐনা থাদোক্কে মরল মথুন চাওথনববু ললউনবীরমএ।

হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো তাবিও! মোংবা ময়ুমদগী থোঙশাল লমদাইদা, ময়ুমলাইদা থৌনিরগা থোঙশানবী। লৈবাক খুলগং কোয়রুরগা মোংবা কাইদা হনবায়রকপস্থ, ময়ুম লাইদা পাও-তাকপী মোংবা ময়ুম লাইবু থোইয়ুম লাইশক থঙবী, চীঙঙু ইরাং কায়দবীশিংদি। নশামৌ ঐনা য়াজৈএ, হুংঙাই য়াইফববু তানফং-জৈএ। শুমাঙ নোংলাংপানবু চাইহন্দবী, মোংবা শুমাঙ থেল্লোংদা ফক্ত-হৌদি থমদবী তিল্লাং থাকশীংনদবী। মোংবা ময়ুম য়ুমজাও-লেলগী, থাঙঙা কাবুম চাইদবী। কাংখা সুজা নমদবী। শুমাং-থেল্লোং চাইবা মরাল য়ুমলেল চাইববু, বাইশিং শিংলম থঙবী, হৌফম লোইফন থঙবীশিংদি। তরা চাবা মনিঙ থুং চরৈ ফিরোন নাষ্টববু ললকুবীরমএ।

## অয়ুক য়াকৈরকপদা তৌগদবা লমচৎ

হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো তাবিও! নমু তায়বং মীওইবশিংনা, নোংলেল অয়ুক য়াকৈরকপদা, কাংথোন পাবনথক্তা ফম্না হয়ি মিং-লেল শোল্লবা। অহিং থোমলেল তুমখুল্লুবগী, তাংজ শমলাং ফারম্ববু শিংনা নাম্না থোনজিল্লবা, খ্বাংশেং ফিরৈ নাম্বোকপবু চরৈ ফিজি থোম্না খ্বাংশেং ফিরৈ লাকলবা। অহিং মিংয়েং নাওশুমলুবগী

পায়না পুক্নিঙ নুংবংলুববু ; ৱাখল লৈচঙ তানা, নিংশা চনিঙ য়েৌনা, হন্দোক হজিন শাম্নৰবগা, ৱাখক লৌশিং চেংনা ক্ষাতিল্লবা মালেম লৈমায় অস্তেম্বদা, শমু থোঙনা নেংতরিবৈ। থূংশা মোইফাংতেম্মা মালেম লৈমায় শোক্লবগা শমু ইহকচাংগী, লাইবক খেললাইথোংবু শোক্লা ইমা লৈশীৱেল লৈপুনবী, মালেম লৈমা শিদবীবু খুক্রমজরগা, কাংথোন পাবনথক্তুগী কুমথৱবা। শমু নাতোন অনিংবী, নিংশালৈবা মায়কৈ য়েংনা, উনবী নিংশা চিংশিল্লবগা। নাতোন হোবা মায়কৈ-রমগী, থোঙনা হান্না থাংনা হয়ি নিংলেল শোম্না থোঙৱাযরবা, মাঙ্গোল খেঙ্গোংলাংবু য়োরবগা, কোরৌ অভানবকু পুরুমজরবদি, য়াইফ এহৈ ফংজৈএ।

নোংলেল অয়ুক য়াকৈরকপদা, ফংতবা খৈবিক উইহৈদে। নোংলেল অয়ুক য়াকৈরকপবু কোরৌ নোংজা অমগী লমহৌ খোঙ-শাম্নবা কৌএ। লীচৎ অসি কায়দবা, নমু তায়বং মীওইবশিংগী : মোংবা মরালয়াইদি, থোয়মা ইমায় লৈরক্তে, য়ানচে ইনম মুক্লক্তে। কোরৌ নোংজা থুদিং, মোংবা মকাই চঙনা, খৌজাল ললকুবীরমএ। য়াইফ নুংঙাইববু তালফংজৈএ।

# নোংমগী তোগদবা থোরম

হে ইশাবী ইবুঙ্গো কোরৌ নোংথৌ পুঙমাবা ও ! উনবী পুক্নিঙ শীনা তাবিও ! নোংলেল অয়ুক য়াকৈরকপদা, মোংবা মশঙ শঙ-লেলবু ৱাইশিং ৱাইশেং লোইরবগা মহকচাংবু চীনফু মায়তারগা. অয়ুক পুঙজা পুবা, থোয়ুম মভাং শিদবা, নৌনা খেঙ্গোংলকপা

মুন্নিংপু, লাইজ ঈপেং অঘনবগা, হৈরাঙ লৈরাং কংনা, থাম্বী মৈত্রেং ওকচরবা। চীঙঙু থোরম লোইরবগা, মখিল শিলথা পায়না; তায়বং পুন্সি লনদাংশাংবু, পুন্সি পনযুং তানবশিংদি, তায়বং লীচং থঙবী মোম্নু য়াইফবীও কৌএ।

কোয়ৌনা কোক্তোন থাল্লকপদা, মশিল শিলম্নু খুৎথাক্তুনা হৈরাঙ লৈরাং কংনা, থাম্বী মৈত্রেং ওক্না, চীঙঙু লুরাংশিদববু পুনেমজরবা। কোয়ৌনা ইম্নুংতান অমম কৈথেচন মুমিদাং ইম্নুং য়াচঙবদা নোংথিন চুপ্পা চাইরম্বা, মোংবা ময়ুন শঙনয়ায়বু, রাইশীং রাইশেং লোইরবগা। হৈরাং লৈরাং পুঙমশেম, থাম্বী মৈত্রেং ওক্না, খোইয়ুম খুমন শিদববু পুরুমজরবগা। হয়ি মিংলেল শেংম্না, ভাইজাক পুঙ্গোয় পোৎখরবগা, মুনিদাং শিলম্নু পায়জরবশিংদি। লাইবক খেল্লাই ফববু তানফংজেএ। ইনোইস্নু ইখোঙনা চৎনা মোংবা মরাল-য়ায়দা য়াঙ্গোইরুইএ।

হে থংলেল ইশাবী তাবিও! মোংবা য়ুম্লেন কাজাওমুংগী ফুঙ্গা মকোক চাওহৈদে। চীউংবু শিদবা অহুম্না, ফুঙ্গা মুড়হুন শানা মোংবা য়ুম্লেন পুরিবা য়োংশবী ফানখোঙ অহুমবু শমু খোঙনা শোকহৈংদে কাম্না শম্না চৎহৈদে। লীচং অসি থঙনা ফুঙ্গা মৈরা হোরগা তরা চেঙজেন হৈনা, থাম্বী নৈবু লাংচরবশিংদি। তায়বং পুন্সি লনদাং-শাংনা; মুংচাই য়াইফববু ললকুবীরমএ। লমলেল ফুঙ্গা লাইরুদি, ইমোইস্নু ঐগী ইফম্নি। তরেং শেনফু লিংযম্নি কললৈমা ঐবু ইরাংনফম্নি। কাম্না শম্না চৎহৈদে! লমচং অসি থঙনা কোরৌ নোংজা খুদিংদা তম্না ফুহৌবা লোইরবগা। মথেল লুক্কোয় শেন, তরা

চহুম কৎনা অহোঙবী ঐবু লাংচরবদি অম্ব'ৎ-অপা নাইদববু কৈপ্পা থোক্তাল ললকুবীরমএ।

মুনিদাং থোরম লোইরগা, মোংবা ময়ুম যুমচাওবু শীৎচিন খেংজিন লোইশিল্লবগা। মোংবা ময়ুম যুনক্তাওলেলগী শম্ব'ং পুঙমায় লেপ্পা লাইনিংথৌ; কাজাওয়াবী লৈমরেলবু খুরুমজরবগা। কাং-পোন পাবনতক্তা কানা, হুয়ি মিংলেন শোম্না থোমলেল্ তুমখুন তাপ্তরবদি। মুংঙাই য়াইফববু ললকুবীরমএ।

হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো। কোরৌ নোংথোরেল্দা, উকা মায়-খোং য়ান্না, মালেম মপুঙলাক্না ললহৌরবপা। তায়বং থম্বার পুম্নমকপু, অপোক অশি নোংদম্বীবা লাইনিংথৌও। উনবী পুক্নিঙ পীনা, পুক্নিঙ শেলোয় নীক্তনা তাবিও। কোরৌ নোংমদেন্দা পোক্লিবা, তোংচেং কাইনৌ থৌবানমিচাকপু; তোংচেং মশীং খীঙমদবগুম। তুরেল চাংজৌ লৌনম্বানগী লৈঙোই লৈরিক খীঙম-দবগুম। লোইদাম ইঙা থাগী নোংলেল্, ঈরীক শিঙথাঙমদবগুম। তায়বং নমু পোংওইবশিংগী, মরমচৎপু শিঙথ'হুনা লোইঙম্লোইএ।

নশানৌ ইমোইমু ঐগী, ইরমচৎ হৌশা অরেপ্পবু; মতাং শীৎনা পাওদমক্তরবনে। ইমোইমু ঐনা য়াদবা, অহোঙবী ঐনা পামদবা, তায়বং লীচৎ কত্তবা, ইমোইমু ঐবু মীরায়বদি ওম্বা মুপাক্নপকী মথৈম্মু, মোমম্মু মুপীক্নপকী মথৈম্মু, নশানৌ অহোঙবী ঐনা মরাল লোনমুনয়ায়বু চঙলমদে। থোয়মা ইমায় লৈ। য়ামচেং ইনম মুক্না; চেংলৌ মিৎপু খুম্না, থেক্না কোইনা হুম্লাল্লমএ। অহুগুম্বা নমু পোং-ওইবশিংদি; তায়বং পুন্সি লমদাংশাংদা, লায়র অভোন তা, অরা

থুংদা চৈর ফিথুদা; মপারি মমোংম নুংচাংববু তরা চাকপুম-নায়না, নাওংথোক নাওকোন ভাংদনা, পুন্সি চেংজেন লোম্নখিএ।

# লাইরেলবীগী শাওন

হে পাক্লেন ইনাবীও! লহানলোং হবিচকউদা, লাইনিংথৌ নউনা পাম্বিব, নাপাক্নে ঐগী শিনথাদ। ইমোইনু অহোঙ আচাওবী ঐ দ, তরেৎ শেং কুম্মংদা লৈরেননি। লোইমোম ফৌকৈনুংদা ফৌ-অহৈবনি। থোম্মৈ ভাংকেন্দা ভাংলৈননি। লাইজ ইরেলপুংদা অহৈবননি। হুদেন লানাকন্দা লাইরেননি। নোইনু থুনথোংদা থুম্মন-মান। শিশিল শিলনুংদা শিলৈরেননি। হপোকপী য়াইপোকপী, ইচৈমা নাচৈমা ইকুবী, যাইকুবী য়াইস্না কৌবী, লাইরেলবী কবেংস্তু এঙাক্রু। ঐ দ মোংবা মমুনলেলগী য়ুমলেল, কাক্কাও যাবানি। যুঙ্গা লাইরু ফঙ্গীন। লৈপাক থুলগং থুংনা, লৈকাই পানশঙ কোয়না, থাঙভা য়ুন্নুন চঙ তরেৎ শেলগাও পায়না তরেৎ শেঙ্গা অলংথেল্লিগীনি। নমু তায়রবং নীওইবগী, য়াইফা নুংঙাই লোদন লবীনি।

হে লাইনিংথৌ ইবুংঙোও! উনবী পুক্লিঙ পীনা, পুক্লিঙ শেলোয় নীক্রুনা তাবিও! তারবং ময়ুম য়ুমজাওগী থাঙভা কাবুম হাঙদনা, চাঁউঙ্গু, ল ইফম লৈবরু খোইযুম লাইশক থঙনা, ঈরাং থোরন তৌজববা। ইমোইনু ঐনা য়াজবা, অহোঙবী ঐনা পামজবা, লৈচং লীথুন কায়দনা ইমোইনু লাইরেলবী ঐবু পায়না পুক্লিঙ থাগোম্ননা,

ঈরাৎ থৌরম তৌজরবা নমু তায়বং নীংথৌবশিংদি মুংহরপকী মথৈস্তু, মুপীকপকী মথৈস্তু মচা চারোন পোনশিংনা ময়ুং মুরোন মুশিল্পনা। লোইনোম কৌকৈথন কাওরেন শংগোংমখন, মশেল শেলফুথন, চরৈ থিরোম্লাই, তয়ুন নাইশিঙয়াম অরাং-অপা নাংদনা, মুংভাই য়াইফববু তানফংজেএ।

# ইমোইনু ঈরাৎপগী মতম

হে ইশাবী ইবুংঙো তাবীও! ইমোইনু ঈরাৎ ইথৌনা খোইয়ুম লাইগী বা অরেপ্পা লাইরিক অমসবু পোংবা মরালয়াংদা থম্না থাশি থানিলদা তাজরবস্তু, খোইয়ুম লাইগী পোংজা, কোরৌ নোংমাইজিংদা তাজরবস্তু। ইমোইনু অহোংবী ঐনা মুংভাই য়াইফববু ললকুবীরমএ!

চহী কুমজা কুমচনবা কুমগী লাকয়েল তাইবদি। লোইদাম থাকচিঙ থাগী, থাজ তারানিথোইনি পানবদা ইমোইনু অহোংবী ঐগী লাকয়েল চনদাই নোংনি। লাকয়েল্ল নোংজা অসিদা, ঈরাৎ থৌরম মপুঙ ফানা ইমোইনু ঐবু লাৎচরবদি। অরাং-অপা নাংদনা মুংভাই য়াইফববু, লেপনা থৌজাল ললকুবীরমএ।

# ইমোইনু লাৎচবদা মহৈ ফংখিবা

মৈতিংঙু শেনবী থাগেম্বা সনা হাকথক্তা পারম পুরমচৎ অচেৎপা ইমোইনু অহোং অচাওবীনা; তায়বং নাওয়োক নাওকোন থাবু। ইয়ু মায়চৌনা লীবীরগা, মৈতিংঙু ইনিংথৌনা তাজখিএ।

লগোল, পাওজেল, থাহুনা, লৈবাক মীয়াম পুম্না ঙৈরাং থৌরম তৌদুনা থোইনা চেংনা ইমোইনু লাইরেম্বীবু লৌখিএ। মতুংদা নৈতিংদু থাঙতা থোইনাই সনা চাংথক্কী। মদু ইদুংডা মৈতিংদু শেনবী থাগেম্বনা তৌরম্মা মতু ইম্না, সনা য়াথং অকনবা পাঙ-চেন্দুনা; লৈবাক শীনথুংনা ইমোইনু লাইরেলবু লাংচখি। অহু নোংদগী পোইরে লৈবাক্তা চাকহাঙ পুংহোংলে শেংহোঙ থুমহোংলে, থাঙতা থোইনাই "শেংহোংবা" কৌএ। লৈবাক মুং-ঙাই য়াইফরে, পোইরে থুম্না নৈচাওরে, নৈতিংদু "পোইরে থুমহোংবা" কৌএ। অদুম্না নিংথোল ফংখিএ। হয়্যে।

# ইমোইনু অহোঙবীগী থৌনিরোন

থৌনিরোনগী মতাং অসিদি নৈতৈ লাচৎ-শাজৎ শেমগৎপা কাংলুপনা ফোংদোকপা লাইরোন্দগী লৌজবনি অমসুং মরম্না হাপ-চিন্দুনা মপুঙ ফানবা চেংনন্দে।

কুমজা অমগী পোক্লকপা, লাকযেন ঙমদাই মুনিং অসিদদি, য়ুমথোঙ খুদিংদা ইজোল অকোযবা য়ুমগী অকোয়বা নৈরা থান্দুনা ইমোইনু অহোঙবীবু লাৎচবা য়াই। চহিগী থোকপা মুনিত্তা ওইর-বস্তু, মরক্তা ওইরবস্তু, লুক্লল কৎতুনা লাৎচগে হায়রবদি। হৈ লৈ শেমদুনা ঙনজবা খরদং লাঙজরিবা মনা-মশীংশিং অদু শেংনা চামথোক্তুনা অথেলপোৎ অমী শেমগনি। শেম-শাবা লোহরনা অথেলপোৎ অদু, লাইনিংথৌদা অমা, ফুঙ্গা লাইরু লাইরেলবীদা অমা থাহুনা; নাহাইথোকনি নাহাইবদি তাইরেল পুংফাই, নাপু

নাশেন, নাপী, শীংবীনচিংবনা ; ল ইজ ঈশে দা লূপ্লগ, ঋাইজ থীকফেম্মনা নাহাইগনি। অতৈ গোৎলম ময়াম অসি ফংদ্রবস্থু তঙাইফদনা তাইরেল মনাদনা নাহাইবস্থু য়াই। নাহাইবা লোই-রগা লাইনিংথৌ লাইরেলবগী তেংথারোন শোন্দুনা কৎকনি।

## নাহাইরোন

উং হৈ উং হৈ কেয়োইগা মেলগা য়াইগা থৌরি। থৌয়া লাংবু থৌরি, থৌডুলাংবু থৌরি, দাবা পোংথৌ তমলি, মুনিং মাপু লাম্লংদে। মুনিং পোংথৌ তমলি, য়াবা কোনথাংশাগী পোংথৌ মথং পীজগে, কুমজা পালো থৌগে, নোংজা পালো থৌগে, ঙাল্লবে তেরগে উং হৈ উং হৈ।

তাইরেল পুংফাই পাযথুনা, ঈশিং অশেংবদা লুপত্নুনা নাহাই-রোন অসি শোন্দুনা, পোৎ চৈ পুম্নক খীক্লোক চাইথোক্কনি।

## ইমোইনু লাইরেলবীগী তেংথারোন

হে ইমা শিদবী। ঙসি নৌবা কোবৌদা পাযনা শিল্লৈলোম্না মদাইরেম তয়ুন ৱাকনা, ইনা নঙবু কৌজরিযে। পুথাঙবোক্লা চৎলম্না, পাথাঙবোক্লা তৌনম্না, পারন পুরনচৎ অচেৎপা। ইমোইনু অহোংঙ অচাওবী নঙগী ঈরাৎ পৌরবু। মদাইরেম ৱাকমনা খঙদবা মমিত্তম উদবা মপা লাক্লা লাংচববু, লৎন থোঙলিংবীগনো সনা ফম্বাল্লাংদা লেঙশিনবীয়ো।

হয়াহে লহানলোং কোম্রৌ লোংলোন ছরেৎ মালেম লৈরোন তরেৎ হৌডৈদা, অমম লৈশানরকপী। অতিংঙা শিদবগী পুক্লিঙ

অনম্বা অঙানবা অরাংবদগী, মতম অহুম মচু অহুমদগী লৌহুনা শিন্দবগী ঈ তংথাই ওই থংবা শাথাইদগী শাখিএ হায়বগী ইমোইমু কৌএ। অতিংঙা অহাঙবদা হোঙনা চাওনা থোকলক্লে হায়বগী, অহোঙ অচাওবী কৌএ। হয়িঙৈ তায়বং য়ুমথোঙ লাইফম অরুবদা লৈকরে। মঙা দা য়াহৌরে, লুবাংদা চাওানরে, খুমন্দা য়াহিপনরে ; ইয়াথন, ইমুথন, লৈনলোয়শঙ করোং ফাবী কৌএ।

## অঞ্জি

হে ইমা লৈশীরেল লৈপুনবী,
লৈমরেল শাবোন ওইরিবী।
অচি তন্দুবী; অথোং কংদবী ;
ইমোইমু অহোঙ অচাওবী !
ওরা চাক্লীং থাক্না চাকশৌবী,
বাংলৈ য়েন্নীং থাক্না য়েনশৌবী।
হাবেল রঙম থৌরাংবী,
হুয়েল ল নচেং শাফাবী।
হনগী খুৎচিংলী ওইরিবা,
পেগী চহুম ওইরিবা।
হীপোকপী, য়াইপোকপী হীলৈমা,
যাহলৈমা, হীকুবী য়াইকুবা,
য়াইসনা কৌনা নিংথৈবী ;
লৈমা তরেৎ শারোনবী।

নাকথা লৈমা পাওতোয়বী,
ফুরেপ লৈমা লুচাওবী।
ফুরেপ চাংজো ওইরিবী.
ফুরোন রানলোনমুংদা য়াতাবী
অয়ুক চার া নোংদম্বী।
নুমিদাং চরা নোংখায়বী!
তায়বং নাওয়োক নাওকোনবীও!
হে ইমা! হাওশম তোংদম্বী,
ইমোইমু অহোঙ অচাওবীও!
অরৈমু লৈশীনবীরকও, অহুমা হুমজিনবীরকও!
কংলা চিরা মরিমক্তগী,
মালেম মায়কৈ নিপালমক্তগী।
ইনগী খুংচিংলী চিংবগুন চি·শিনবীয়ু,
পেগী চহুম শুপ্পগুন শুপচিনবীয়ু।
অচি তংপিগমু, অখোং কংবিগমু;
তরা চাক্লিঙ থাকনা চাকশোবীয়ু।
রাংলৈ য়েন্নিঙ থাক্না য়েনশোবীয়ু।
হে ইমা! ঙাংলো থম্বাল মানবা
খোইমোম সনা নথোঙখাদা।
তায়বং নোংশাপানগী নদাইরেম রাকমনা,
মানবী খুংতপ্পনা মুকমু লৈতোন কোন
কাওবী চিরালুক মালেম থৌরৈ লৈকা পায়না

চাংজৌ লৈপক্লনা খোইমোম নখোঙথাদা,
চেপনা নোম্না পুরুম্জরি।
ছুং পোকপী ছুং পোকপী
তকুপ তকুপ হাওকুপ হাওকুপ
লৈহিপুন তরেংচীং হীং কৌবী ;
থুপ থুপ কৌবী, নয়োম্লাং তনৌবী কৌবী ইমা।
লেঙশিনবীমু, ননাইনা কৎচরিবসী লৌবীমু,
লেঙদনা লৈবীমু ইমা!

## খুরুম্বা

ইমুংগী মী পুম্মনমক খুরুম খাচওবা লোইরগা, ঙাইহাক লৈরগা, লাইনিংথৌ লাইরেলবীদা কৎলবা, অথেলপোৎ অদু কাইথোক্লুনা ফুঃহৌগনি (থোংগনি), ফুহৌবা লোইরগা লুক্লেল অদু ফংগনি (চাগনি)। মুমিৎ অসিদা শেল থুম পীথোকপা, পোৎ-চৈ ব্বায়বা পীথোকপা ফত্তে। খৎন চৈনবা তৌদনা, পুক্লিঙ লৈত্তানা লাইনিংথৌ লাইরেলবীবু চেৎনা নিঙজ্না লৈগনি।

## নাক্লুফিয়াল্লবদা থৌনিবা

মোম্নু মুজা ওইবীশিংনা, তাওজিং মক্ত পন্খোয়জি মিজ্হল তম্নবদি ; লোইদাম থাবুম অহুম শুবদা নত্রগা মঙাদা নত্রগা তরেত্তা ; লাইরেলবীদা থৌনিজরবদি ; পোক্লকদৌম্নিবা ন'ব্বা অদু মীথোই মীছেনবা, মুংঙাই য়াইফবা পুন্সি মুংশাংববু নলকুবীএ। মপুরোইবা

অমসুং লোয়নবী অনীমক্তা পুন্না থৌনিগনি। মতমদি লোইদাক্ষ নিলমাংগী মঙাংনা পুবা পুঙলুপ্তা ঈরাৎকনি। ঈরাৎকদবা মরোংদি মথক্তা হায়খ্রিবা অহুগী মতু'ইন্না তেংথারোন অহু শোন্দুনা থুরুমগনি। লাঙজারিবা অথেলপোৎ অহু থারগা খোইরু মৈরা থানগনী, লৈখাম মৈথু থুগনি; মায় চীংখৈ ওন্না থুরুমগনি।

তেংথারোন শোনবা লোইরগা থৌনিবগী মরোন্দি :— চীংঙু ইবুংঙো শিদবা লাইরেনবী ইমা শিদবী, ইমোইনু অহোঙ অচাওবী! লাইনিংথৌ লাইরেলবী অনীনা পীবিবা ননাইগী পীবুকল্পুংদা লৈরিবা নাম্বা অসিবু; ঙ্গুংঙাই য়াইফবা পুন্সি ঙ্গুংশাংবা, কপয়াংবা ভপয়াংবা, মীথোই মীহেনববু পীনবীয়ু। চীংঙু নশেম থোক্নি শেম্বীয়ু, নঙাকথোক্নি ঙাকপীয়ু। থোইয়ুম নয়োকথোকনি য়োকপীয়ু। চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ যোয়বু খোইমোম লাইরেলবী অনীমক্কী নতীক নয়াইবু ননাই নাবা'দা হ'ম্মীযু থৌজাল ললকুবীয়ু।

ইমোইনু লাইরেলবীবু থুকমজবা থুদি'মক্তা, "ঙা" কৎতুনা থুরুমবীনীংলবসু; ঙানা লু'ক্লল তৌতুনা কৎচবদা থোইনা অকায়বা লৈতে। ঙা কৎপগী লম্বী অসিসু হায়রন। ইপা ইপু'শিংনা চৎনরমলিবনি মসিগী খুদমদি "অপোকপা থুরুম্বদা" "ঙ" কৎনব্রিবা অসিনী অপোকপা থুরুম্বদা ইমোইনু লাইরেলবীসু য়াওনা থুরুমলিবনি। নাক্লু ফিয়াল্লবী মীরোনবীশিংনা থুরুমজবদদি, "শারেং থুবোম্ব অমা শাংবনা লুক হৌরগা কৎতুনা থৌনিজো" হায়ন অগ্নিবা লাইরিক্তা ইরমই। মরম অসিনা মানা মানা পামজবা মতুংইন্না ইমোইনু লাইরেলবীদা ঙা কৎপা থোইনা কায়বা লৈতে।

মৈতৈশিংনা নুংঙাই য়াইফগে হায়না তানথংলকপা হিরম খুদিংদা ইমোইনু লাইরেম্বীবু থাদোক্পা লৈতে। তেংবানবা অসিদা পুন্সি মচু-শাংনা নুংঙাই য়াইফনা হিংনবগীদমক কক্কিওম্বা লাই খুকমতুনা থৌনিবা অমসুং ঈরাৎ থৌরম অমতং তৌবা তারক্লবদা ইমোইনু লাইরেম্বীগী শরুক ভমতুনা থৌনিজবা হায়বসি চৎথরম্লি লৈতে। তেংবানবা মপুনা পীরকপা শিন্নাগী মতুংইন্না; মীওইবনা তায়বংপান শন্দোক্লবগীদমক খ্বাইদগী চাওরবা থৌরম লুহোংবদা লাইগীদমক ভম্লিবা পোৎচঙশিং "অপোক অসা থাবা, কুজবা, লম-লাই" নচিংবা ময়াম অসিগী মনুংদা "চেংলুক নুংশাং" হায়বসিনা খ্বাইদগী মরুনি।

তেংবানবা অমা ওইগল্লকলিবা অমসুং অরোইবা অথম নাইদনা পাল্লহনগদৌরিবা তেংবানবা অসিগী শীল লাংলিবী ইমোইনু লাই-রেম্বীনি। চেংলুক নুংশাংবু ফুংগা লাইরুদা থমলিবসি; য়াইফ নুংঙাই লমকুনীয়ু, অফ-ফত্তা নোংদম্নীয়ু হায়না ইমোইনু লাইরেম্-বীদা কক্তুনা থৌনিরিবনি। মঙানি শুবা মুমিত্তা চেংলূক নুংশাং অমু কাইথোথোক্কুনা, অফ-ফত্তা লাইরেম্বীগী পাওতাক খুদম য়েংনরি। চেং অতুনা লুক তৌদুনা লাইরেম্বীদা কৎতুনা য়াইফ-নুংঙাই নিজ-রগা, লুহোংলিবা মুপা মুপী অমসুং ইমুং অতুগী মীশিংনা লুক অমু ফংগদবনি।

মৈতৈশিংগী য়ুম অমা পাল্লবদা, য়ুম অদুগী মনুংদা লাইফম কয়ামুক থাইদোক্লিবগী মনুংদা ফুংগাবু "লাইক" কৌরিবসিনা অদুনক মঙাক্লে; মীওইবনা য়ুমলিং থুম্লিংতুনা পানবগী খ্বাইদগী মরুওইবা

লাইদি ইমোইন্নু লাইরেলবীনি ! মরম অসিদগী য়ুম্পানবশি.গী থ্বাইদগী "লুবা" লাইগী লৈশমনি হায়দুনা "ফুঙ্গা লাইরু" কৌরিবনি ; ইমোইন্নু লাইরেলবীবু মফম মতম অমম্তুং মরম থঙনা লাৎচবা হায়বসি ; য়েলহৌঙৈদগী চৎনরকলবা, থাদোকপা য়াম্রবা. নৈতৈ ঐখোয়গী ইনাৎনি ।

# অপোকপা খুরুম্বা

## খুমন শলাইগী অপোকপা খুরুম্বা



( খুমন য়েক শলাইগী থাঙ )

শচিফোয় থাগী তরামঙানি পানবদা, খুমন শলাইগী অপোকপা খুরুমএ।

মপোক ময়িদি—ম্বাংবাইবীদি তোনথাংম্বুনা, শাম্ু কোল্লে; খুমন পোকএ। শচিফোয় থাগী তরামঙানি পানবা লৈবাকপোকপা ম্বুমিংকী অহিং নোংযাইদনে। নাঙম্বোয়বীদি পিয়াইম্বুনে; থম্বায়-মীগাক্তি থায়াইনে। শলাই মচুদি অমুবনে।

পোংচঙদি—ঈশিংদি পুমলেলদগী লৌগনি। লৈদি লৈশং, ক্বাক্লে অনীমক্লে। হৈদি হৈম্বুংনে ঙাদি শারেং অমুবনে, লাদি চং-থীনে, কাক্লানে অনীমক্লে; থাঙদি তোনককপনে, শীংদি চাংখোংনে। নাহাইবদি পুংক্লাইনে, মৈদি মৈথাং তরেৎলক্লগী লৌএ। হুং, পাং, উ অচুম্মক্তি পুম্লেলদা লৈএ।

পোংচঙশিং অসিগা লোয়ননা লুক হোৎহুনা; ফিম্বোই ফিঙাম অচাংঅথক শুনা কংতুনা খুমন শল্লাই য়েল্লুপ পুম্বমক্লা; খুমন পোকপা শিদবমু ঈরাংতুনা, পুন্সি মুংশাং মুংঙাই য়াইক্ষ থৌনিক্লেএ।

# খা-ঙানবা শলাইগী অপোকপা থুরুম্বা



( খা-ঙানবা ম্যেক শলাইগী থাঙ )

কালেন থাগী নিঙমাঙ তরানি পানবদা খা-ঙানবা শলাইগী অপোকপা থুরুমএ।

মপোক ময়িদি খেরেলোংবম চম্নুনা কৈ কোল্লে, থমচিংকোন পোকএ। কালেন থাগী নিলমাঙ তরানি পানবা নোংমাইচিঙ ষুমিংকী অমুক্তনে। নাওরোয়বীদি পুরোয় লেমজুস্নুনে। থৱায়নীচাক্তি খোংচোম্নবীনে। শলাই মচুদি শংনা লাংএ।

পোংচঙদি - ঈশিংদি লৈতাঙদগী খোকএ। লৈদি লৈশংনে, লাদি লৈহৌলানে। ঙাদি শারেং ঙাঙনা লাংবনে, থাঙদি চিনাই-ষনে, হৈদি হৈবানে, শীঙদি চীং য়েনশীম্লে। লৈদি লৈখাম-মৈরায়-দগী লোএ। নাহাইবদি নাপু নাশেম্লে। লুং-পাং ত অহুম্মকত্তি লৈতাঙদা লৈএ।

পোংচঙশিং অসিনা মাগী মাগী চম্নফমগী মতুংইনা কৎতুনা অমম্লুং লুক হোম্লুনা, ফিরোম্ফ-ফিঙাব, অথু-অম্বাও স্নুবা কৎতুনা ঙানবা শলাইগী মেরুপ-চা পুম্নক্কা; ঙানবা শলাই পোকপা শিজবু ঈরাংতুনা মুংঙাই য়াইফ পুন্সি জুংশাং খৌমিল্লএ।

# মঙাং শলাই (নিংথৌজা)গী অপোকপা খুরুম্বা



(মঙাং য়েক শলাইগী থাঙ)

ইঙা থাগী তরামঙানি পানবা থানিল হুমিংত্তা মঙাং শলাই ( নিংথৌজা ) গী অপোকপা খুরুমএ।

মপোক ময়িদি—লৈকক লৈয়ারেল চমুনা হুমিং কোম্লেঃ পাখংবা পোকএ। ইঙা তরামঙানি পানবা থানিল শগোলশেল হুমিংকী মুম্বিংখুংবা ঌকয়াদনে। নাওরোয়বীদি ম্নাবীরোকনে। থরায়মীচাক্তি থায়াইনে। শলাই মচুদি অঙাঙবনে।

পোংচঙদি—ঈশিংদি মুংচেংদগী শোবএ। লৈদি থম্বাল অঙাঙবনে, লাদি থম্মা খেজোংনে, হৈদি থমচেংনে। ঙাদি শারেং অঙাঙবনে। থাঙদি চকথাঙনে। লীংদি শম্লিনে। মৈদি মৈথাঙ তরেৎতগী লৌএ। ন,হাইবদি উরুম্লে। লুং-পাং, উ অহন্মক্তি নুংচেংদা লৈএ।

পোংচঙশিং অসিনা মাগী মাগী চহক্ষমগী মতুংইন্না কংডুনা অমম্লুং লুক হোৎনুনা, ফিরোয় কিঙাম অথুম অহাও মুনা কংডুনা মঙাং শলাইগী য়েক্লুপ চা পুন্নমক্লা ; মঙাং শলাই পোকপা শিদবা পাখবরু ঈরাংতুনা মুংঙাই য়াইফ পুক্নি নুংশাংবরু থৌনিজৈএ।

# অঙোম শলাইগী অপোকপা খুরুম্বা



(অঙোম য়েক শলাইগী থাঙ)

ইঙেল থাগী নিলমাঙ তরানিথোইনি পানবদা অঙোম শলাইগী অপোকপা খুরুমএ।

মপোক ময়িদি- লাইরিবিদি মহুম্মনা নোংলুম কোম্লে, পুরৈ-রোম্বা পোকএ। ইঙেন থা নিলমাঙ তরানিথোইনি পানবা নিংথৌকাবা মুমিৎকী অযুক্কী মুথক তানবদনে। নাওরোম্বীদি খাকপা নিংথৌ চনুনে। থরায়মীচাক্তি থাদোম্লে। শলাই মচুদি অঙৌবনে।

পোৎচঙদি—ঈশিংদি কোংবা মৈরোম্বীদগী শোকএ। লৈদি থরো অঙৌবনে, হৈদি হৈবোংনে, লাদি লারোংনে ঙাদি শারেং অঙৌবনে। থাঙদি পুককথাঙনে। শীংদি উপনে, মৈদি মৈবা চিংদুনা লোৎএ। নাহাইবদি তাইরেম্লে।

পোৎচঙশিং অসিনা মাগী মাগী চন্নফমগী মতুং ইন্না কৎতুনা অমস্তুং লুক হোৎহুনা, ফিরোয় ফিঙাম ভথুম অহাও মুনা কৎতুনা অঙোম শলাইগী য়েন্নুপ-চা পুন্নরক্লা, মুংঙাই য়াইফ পুন্সি মুংশাংনা পানবনু থৌনিজৈএ।

# লুব্রাং শলাইগী অপোকপা খুরুম্বা



(লুব্রাং য়েক শলাইগী থাঙ)

ব্বাকচীং থাগী তরানিথোইনি পানবদা লুব্রাং শলাইগী অপোকপা খুরুমএ।

মপোক ময়িদি—ভুংরাইবীদি থোইমুনা ইরোই কোন্দুনা পোইরৈতোন পোকএ। ব্বাকচীং থাগী নিলগাঙ তরানিথোইনি পানবা ইরাই মুমিংকী চীংখৈ হুম্বোক্লকপদনে। নাওরোয়বীদি পিনাইমুনে। থবায়মীচাক্তি নিংথো শিদবনে। শলাই মচুদি হিগোক্লে।

পোৎচঙদি—ঈশিংদি লফেলদগী শোকএ। লৈদি মেল্লেনে। হৈদি কিহোম্নে, লাদি লায়াইনে, ঙাদি শারেং অরাওবানে। থাঙজি তোন্দুম্বনে, শীংদি হৈক্রুনে, মৈদি খোইজু মৈনে। নাহাইবদি উ খোক মতোম্নে।

পোৎচঙশিং অসিনা মাগী মাগী চনকমগী মতুইন্না কৎতুনা অমম্বুং লুক হৌতুনা, ফিরোয় ফিডাম অথুম অহাও হুনা কৎতুনা লুব্রাং শলাইগী য়েল্লুপ-চা পুম্নমক্না, লুরাং শলাইগী শিদববু ঈরাৎতুনা লুংঙাই য়াইফ পুন্সি মুংশাংববু থৌনিজ্জএ।

# শরাং লৈশাংথেম [চেংলৈ] শলাইগী অপোকপা খুরুম্বা



(শরাং লৈশা'থেম য়েক শলাইগী থাঙ)

ফাইরেল থাগী কুনতরুক্কি পানবদা শরাং লৈশাংথেম (চেংলৈ) শলাইগী অপোকপা খুরুমএ।

মপোক ময়িদি—লফুবির্দি লৈমন্নুনা হামেং কোন্দুনা লমলেক শাংগা মুঙভৌয়িমথংবগা পোকএ। ফাইরেল থাগী নিলচুং কুনতরুক্কি পানবী ময়মশকৈশ মুমিংকী অয়ুক য়ুথক্তনে। নাওরোম্ববীদি ওইমু লৈমনে, থল্লায়মীচাক্কি লিকথা শাযবীনে! শলাই মচুদি শংনা ঝাওবনে।

পোংচঙদি—ঈশিংদি ভাকনদগী শোকএ। লৈদি লৈসংনে হৈদি হৈ মনম নাইবনে। লাদি চংবী লায়াইনে থম্মা ঈভাবনে। ভাদি শারেং শাংনা লাংবনে থাঙদি খুম্বোং থাঙনে। শীংদি নোংলৈশংনে, মৈদি মৈথ'ঙ মঙারক্তনে। নাহাইবদি নাপী শীংবীনে।

পোংচঙশিং অসিনা মাগী মাগী চয়কমগী মতুংইন্না কংতুনা অম্নুং লুক হৌতুনা ফিরোয় ফিঙাম অথুম অহাও সুনা কংতুনা শরাং লৈশাংথেম (চেংলৈ) শলাইগী য়েন্নুপ-চা পুম্নমক্না, শরাং লৈশাংথেম শলাইবু পোকপা শিন্দবু ঈরাংতুনা নুংঙাই য়াইফ পুন্সি লুংশাংববু থৌনিজেএ।

# মোইরাং শলাইগী অপোকপা খুরুম্বা



(মোইরাং য়েক শলাইগী থাঙ)

লমতা থাগী নিলমাঙ তরানিথোইনি পানবদা মোইরাং শলাইগী অপোকপা খুরুমএ।

মপোক মখিদি—চিংনূ লৈমনা শচিক কোন্দুনা ঙাংহুম্বোক্লা ঙাংনিংশিংগা অনীমা পোকএ লমতা থাগী নিলমাঙ তরানিথোইমি পানবা থাংজ নুমিৎকী নুমিদাং মুথক্তনে। নাগ্রায়বীদি ঙাংশাবীনে, থরায়মীচাক্তি চীংচরোইবীনে। শলাই মচুদি নাপুনা লাংবনে।

পোংচঙদি—ঈশিংদি লোক্তা কুগী শোকএ। লৈদি য়েরুমলৈনে হৈদি কাংগ্রৌনে, লংদি থাঙ্গানে। ঙাদি শারেং নাপুনে, থাঙদি যেনবাতোক সাবনে। শীংদি কুহিন, মৈদি মৈথাঙ অহুমলক্তনে। নাহাইবদি নাওহিংনে।

মাগী মাগী শলাইগী য়েক্লুপ-চাশিংনা তোঙান তোঙাম্না তাক্লিবা পোংচঙশিং অসি লাংহুনা খুরুমগনি। অপোকপা খুরুম্বগী থৌরম অসিদি, রাশক্তনা খুরুম্বগী লম্বেল অমা লৈবনা, লাইসোন তিনসোন পোংকং চৈকং য়াম্না কুপগ্রে। শন্দোক্লা ইবা তারবদি পাক-চাওগ্রে। হৈকং লৈকং—তিনসোন লাইশোম্নচিংবা থৌরমদা অশোয় অঙাম থোক্লবসু, য়াইক হুংঙাই তানখৎপগী মহুত্তা কত্তবা কয়াম্নু থোকল্লী। মরম অসিনা হীরম অসিদা মমুৎ তানা হৈরবা অমাইবা অমমু তৌহনবনা খুদাংচাগনি খঙহুনা লাইরিক অসিদা কুপ্পা কোঙজগ্রে।

# অঙাঙ্ক চউমবা

অঙাঙ চউম্বদি ঈশা-ঈফু লাৎতুনা চউম্নু য়াই। নত্রগা শম্না ঈশা-ঈফু লাৎতনা চউম্বসু য়াই খুদোং চাবা মতুইংন্না তৌবদা করিম্নু অকায়বা লৈতে। ঈশা-উফু লাৎকে হায়রবদি থৌ,খন্না চাওথোকনি। ঈশা-ঈফু লাৎপগী চাওরবা কাংলোন লৈত্রে; কাংলোন অতুগী মজুংইন্না চাৎকনী।

শা চাদবা, ঙা চাবা কাংলুপকীনা শারম তরেৎ; শা চাবা কাংলুপকীনা শারম তরেৎনা চউমগনি। অসুন্না শা-ঙা চাদবা মনামশীংতমক চাবা কাংলূপ ওইরবসু, মাগী মাগী কাংলুপকী চীঙাক্না অতুম্মক চউমগনি।

থোংগদৌরিবা শেম-শাবা লোইরবা মনা-মশীংনচিংবা পুন্নমক অতু লাইনিংথৌ সনামহীদা অথেন্স পোৎ কাতুনা কৎকনি। (কনাগুম্বা মহৌশানা লাইনিংথৌদা ঙা কৎপা কাংবু ওইরবদি, থোংগদৌরিবা ঙা অতুসু কৎপা য়াই। মসিদি মী অতুগী থম্মোয়গী বানি)। অথেন্স পোৎ কৎত্রিঙগী মমাঙদা পোৎ পুন্নমক অতু লাইনিংথৌগী মাঙদা থারগা তাইরেল পুঙফাইনচিংবনা নাহাইরোন শোন্দুনা খীকতোক চাইথোকনী। নাহাইরোনদি মথক্তা ইমোইন্নু লাৎপগী মতাংদা য়াওখিবা নাহাইরোন অতুনা য়াগনি। মপুঙফাবা ঈশা-ঈফু লাৎপা অমসুং নাহাইরোন্দি চাওরে; অমাইবা অমাইবীগী মথৌ ওইরে। মথক্কী খন্না সুপচিনবা মওং অসিসু থোইদোকপা অকায়বা লৈতে।

# লাইনিংথৌদা অথেনপোৎ কৎপা

## (মথাগী মরোল অসি হায়দুনা কৎকনী)

হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো শিদবা। তায়বং থবায় পুম্নমকপু য়োকপী থাক্পীরিবা। অম্মুকঙম্না কোনথাবীবা, নুমিদাং ঙম্না কোনং শিনবীবা হে ঈশ্বর শিদবা! ঙসি কৌবা কোরৌদা, নদাইরেম অঙাঙ নাবা অপিশক (মনিং থোল্লবদি মমিং হায়গনি) অসিবু; নমু তায়বং ইচিঞ্জাকপু, তরা য়েলহৌ চাকইন তমজগে হায়না তরা সংলৌ অথেল পোৎপু কাজরিয়ে। হে ঈযু শিদবা নঙনা অমাঙ অতা লৈত্রবা য়াথংবু পীনবীয়ু, থৌজাল ললকুবীয়ু হায়না নিজরি।

লাইনিংথৌদা অথেল পোৎ কৎপা লোইরগা পোৎ অদু বাইথোক্লুনা ফু হৌগনি (থোংগনি)। থোংবা লোইরগা পুখম তেংকোং-চিংবদা হাপ্লুনা শেম-শাবা লোইরগা (ঙম্লবদি কোলচীক অদু অহনবা লাংগনি) ইমোইনু লাইরেলবীদা কৎকনি।

# থৌনিরোন লাইশোন

হে ইমা ইবেম্মা ইমোইনু অহাঙ অচাওবী! ঙসি কৌবা কোরৌদা নদাইরেম অঙাঙ নাবা অসিবু তায়বং ইচিঞ্জাকপু তরা য়েলহৌ চাকইন তমজগে হায়না, ঈযু শিদবদা অথেল পোৎ কাজরগা য়েল্লাঙ চনম ফুং তরা মথেল থোংদুনা ইমা ইবেম্মা নঙোন্দা কৎচরি ··· নদাইরেম নাবা বু তরা চাকইন তমজনগে। অঙাঙগী পুন্সি তোল্লোই শাংবদা, তরা চফম্ শীৎতবা শমু হকচোক লাংদববু থৌজাল ললকুবীয়ু। (খুরুমদুনা কৎকনি)।

কৎপা লোইরগা লৌথোক্লুনা চাক ইনগদৌরিবা মফম অহুদা থমগনি। অহনবা ফিদা থাগনি। হৈরুক কা-লৈনচিংবা কৎনীংবা পোৎ-চৈশিং থাগনি। মাঙদা ফৌ, সনা, লুপা, লাইরিক, খুৎশু-খুৎলাইশিং নাঙ্গা অমমমদা হাপ্তুনা পরেং থমগনি। ইশা ঈকু য়াওরবদি খ্বাইগী মাঙদা খিনগনি। মসি চাক থোং-থাক্লিঙৈদা শেম-শাহনা থমগনি। মপা মমা নত্রগা চাক ইনবীগদৌরিবা মী অহু অহনবা ফিদা অহুদা ফম্লগা অঙাঙ অহু পমগনি। (অথোংবা চাক য়েনসাঙ অহু য়াওদনা) থাম্লিবা হৈ-লৈ-নচিংবহু কৎতুনা মুমিৎপু লাৎকনি।

# সুমিৎ খুরুম্বা

হে কোরৌ হনবা অহানবা! য়োয়ময়াই লাইরেল তাওদনবা সনা খোম্মতোন অতোনবা! অসি হয়েং হায়না নোংদম নোংখায়হনা তায়বং পুন্সি চেঙজেন য়েল্লিবা। ভাওনা থোকএ মঙাঙ, কৌব', লুনা, বাংনা থোকএ লুরাং কৌবা, খুনা মমনা তাখি খুমন কৌবা হিরি পুংমায় লেপ্পা মুমিৎ নমিংদি ঙাঙ তনৌঙাঙ কৌবা হে ঈয়ু শিদবা! অসি কৌবা কোরৌগী পুঙজা থেন্মোং অফবা অসিদা, নদাইরেম নাম্না অঙাঙ অসিবু তন্না চাকইন ভমজরগে। পুন্সি চেঙজেন বাংহনবীগনো, হুংঙাং য়াংফবু থৌজাল ললকুম্মিয়ু। (খুরুমগনি)

মুমিৎ খুরুম্বা লোইরগা মখাগী চউম্বগী লাইরোল অসি শোনগনি। ঈশিং ইনগদবা, চাক ইনগদবা মতাং মতাংদা তাক্লিবা অসিগী মতুংইন্না তৌগনি।

. চউখগী থৌরম অসি অতোপ্পা অমাইবা ; অমাইবী অমনা শোল্লগা মমা মপানা চাক ইনবিবসু য়াই। নত্রগা অমাইবা অমাইবী য়াওদনা লাইরোন অসিগী মতুং ইন্না মমা মপানা অতুম্মক তৌজরবসু য়াই।

অঙাঙ চউখা অসিদা, ঙমজবশিংনা ; অহল লমন চাক খাঙ-হুনা, ফিরোয় ফিঙাম হোংহুনা, সনা তাঙ্গা, লুপা তাঙ্গা কংহুনা অঙাঙগীদমক য়াইফ থৌজাল নিজবসু য়াই মাগী মাগী মতীক ময়াইগী মতুংইন্না চাওখোকপা পীকশিনবা অকায়বা করিসু লৈতে। খায়গী মরুদি থৌরায় মি কৌশিন্দুনা চাক ইনবীবা অমসুং থৌরায়বু মকম চানা ফাজিন্দুনা থম্নিবা লাইরোন অসিদি কায়বা য়াদে।

# অঙাঙ চউমলোন অমসুং থৌরায় মিকৌলোন

হয়াহে খোয়ুম লাইংথৌবু থুরম্না, নদাইরেম ইবাকননা মুকমু লৈতোন কোন কাওবী চীফা লুক্রা নাৱা চউম লম্বু শৈদম্না, থৌরায় মিরেল কৌজরক্কে। হে ইউ শিদবু অমাঙ-অতা লৈত্রবা নঙনা, অতিয়া তরঙদগী মুম্নিং পুঙক্কোয় ময়োন্দা হুনচিনখিরে। তুমিত্তগী খাদা চঙখিরে। থাদগী থৌরায় মীচাক্তা পীরে। থৌরায় মীচাক্তগী খোংচোনমুবীদা চোংশিনখরে। খোংচোনহুবীনা ওকপূরোয়ন্দা

চেম্বহল্লে। ওকপুন্নোয়না তাওহইইরেংদা লেংথহল্লে। তাওহইইরেংনা মমা মাওশিনতাক্লবীদা ভকথহল্লে। মমা মাওশিনতাক্লবী লাংয়েল মনামেলদা য়েম্বহল্লে। মহাক্না শচীক্তা চীকথহল্লে। শচীক্না থাবাদা পাথহল্লে। থাবানা চীংখৈদা লৈথহল্লে। চীংখৈনা লৈনা হুম্বরক্লে। চীংখৈদি লীক্লা ওইনা লাইশঙগী মন্নুংদা লৈবা সন্নি কৌবা লাইগী পাওবু পুত্নুনা লাক্লে। খেমচীং মখাদা কংকাররক্লে। হে তকও মেতক্লে, তন্নও সঙম তন্নিসং খোয়বু ওৎলে, হে খাম্বী চীংশোম্বা। নঙনা নান্না অঙ্গো অনীমক্কী খোয়চি মুংয়াদা, হঙোই তংসাঙ ওইনা নখা ফাক্লা য়াবীয়ো। য়োইমোংবা নঙসু তাওথিংমাংদা মণ্ডিবীয়ো। হুন্নি হুনবা হয়াহনবগা, লৈপুহনবগা কোন্নৌ নোংগা মালেম লৈভুগে। লাংনা নামৈবু কিশিনা, লাংদোন মপুগী নাওয়োম্নগে। অসিম্লুং মদোম্নদে। হে ইমা ইবেম্মা নাকথা লৈমা পাওতোম্নবী ফুন্নেপ লৈমা লুচাওবী, চান্নৌ লুকমা তাইনগে, ঈচীক থুম্না তাই-নগে। মকোকপনা থুনজন্নো মকাপনা য়াজন্নো। হা থা থা তেতু নচা মোইরাম্বী পোবীগে হৈবোং মন্নোং অমতা থাথরকও। নথী-লক্তা তান্নে, নমুংলক্তা তারে, থোৱায় কনানা চাশীবা অসিম্লুং মদোম্নদে। হে ইমা ইবেম্মা হোইন্নৌ হুয়া য়া হয়াসো অঙৌবা কোন্নৌ চীংসোম্বা কাইরৈ মচেঙচা য়েনবা অঙৌবনা কে ক্রে, কে চীংখোঙ য়াকা কাইরক্লে। মমোম লৈমা কবোক্লুনা শংলো পান-খোক য়েল্লাংচালবু য়েনলাং চনম ফুংনা পুমুং হন্নাই খোংভন্নবগা; নপন অঙৌবা চন্নুনা মম মম কুক কুক তন্না থুংপুন পীহল্লে; লাইজ চীন থুং ন্নোংহল্লে। অসিম্লুং মদোম্নদে। হঙ সো সো

হিঙ সো সো হুপ সো রে রে হে নাবা অঙ্গো নওবু হায়গে ভাও ! লহায়েনোং মহীরেল অক্নবু নপন্না শিন্নউগী, নপন সনা চীংগী নম- লোম্দা পুরে, কৌবরুনা কোল্লে। কৌবদি পোনে, চীংথে কৌবদি সোনে, সনামহীনা থোঙ সওএ। সনামহীনা পুবদি নিংথৌখোংবু পুইএ। নিংথৌখোং কৌবদি খোয়রীবুনে। লৈম- রেল কৌবদি হোনে কোলোয় নমিংথোংবু অঙাঙ কৌএ। লোই- দাম থা অনিস্নুনা নাওপুরবগা নপন পলেমদা শিন্নরে। সনাচীংথা থংবদা পুরে, নাওয়োম্না য়োমহৌরে। নওয়োম কৌবদি অ-নে। হুও সো সো লি হিঙ লি হিঙ, ওইগী লুপাদি লীক্লানে, য়েংকী সনাদি মুমিথনে। লোইদাম থাবুম ভন্নানি, মুমিং শীংবুম চহু্ন্ন ঈক্কা ঈমেল্লে। কোলোয় নমিংথোংবু অঙাঙ কৌএ। অঙাঙ নওনা তায়বঙ পান্দা ফাওরক্লে, মালংপান্দা য়োরক্লে। কোরৌ মুমিং মওানি খাম্বী মৈনিঙ কৃন্নবগা ভরুক্কি মুবা মুমিংতা চরায় ক্ক্লোং কোল্লে, ঈ মপান থারে, য়োয়মগ্নাইবু নায়োক্করে। মালং- পান্দা পান্নকপা লোইদাম থাবুম......( থা কন্নাদা চউম্নিবনো, থাশীং অহু হায়গনি ) মুরেদো। ঙসি কৌবা কোরৌদা পুঙ্জা খেন্দোং অফবা মুমিং মাকথৈ অচওবা অসিদা, তায়বঙ ইহৌশা পোইরৈ ইরমচং, পলেম পম্বৌ নমা নপা অনিনা নাকা য়েংকা ক্ষমহুনা, ফৈরা তান্দা পমহুনা ভরা চাকইন তন্নবনে। অঙাঙ নওবু চায়োনে নাবা নওবু লৌরোনে। ( খুংনা ঈশিং থন্না লৌরগা পীথকনি ) নি নি কুক কুক। ( মথংদা খুংশা মঙানা পুন্না পায়হুনা চাক য়েনসাং ভোংতুনা ইনবীগনি চথোম লুরোয় অহানবদি

থৌরায় মঙা ফান চাক্লে মম মম কৌএ। ( অহানবা চথোম পায়্‌রগা ) মম মম কুক কুক ( ইনবীবা )। ( অনিশুবা চথোম পায়্‌রগা ) চথোম লুরোয় অনিশুবদি হকচাং চোয়চোয় চাক্লে মম , মম কুক কুক ( ইনবীবা ) চথোম লুরোয় অহুমশুবদি থৌরায় মিরেল ফান চাক্লে মম মম কুক কুক ( ইনবীবা ) চথোম লুরোয় মরিশুবদি লোইদাম থাশুবা চাক্লে মম মম কুক কুক ( ইনবীবা )। চথোম লুরোয় মঙাশুবদি মপুগী য়াইফ পাওতাক তরুকমক মিংচৎ চাক্লে মম মম কুক কুক ( ইনবীবা )। (খুৎনা ঈশিং শোহনা) তরা চফম ফারে লাইজ চীনখুম মেল্লগে মি মি কুক কুক (ঈশিং পীথরকনি) অসিনুং মদোমদে। হে অঙাং নাবা নঙবু তরা চা ভংলবনিবা থৌরায় য়াত্রাফম্বু পীরগে, মিরেল তুঙনকম্বু তাক্লগে। হে নাবা অঙো নঙবু ভারো। লোইদাম থাবুম অনি সুরবগা কোলোয় নমিংথোংবু নাবা কৌএ মি মি। লোইদাম থাবুম অহুম শুরবগা কোলোয় নমিংথোংবু অঙো কৌএ অ খ অ খ। থাথোং লাইথোং মলোং-খোং অহুম্মকী মথক্তা থীবোংবীনা লৈএ। থীবোংবীগী মলুংদা ঙাওরোয়নাইনা লৈএ; হে মরু নঙসুঙ লেঙবীগনো, কোলোয় মমিংথোংবু হো কৌএ; হো হো হো কৌএ। হা ইমা য়াওরেবী লৈয়েং মভোন্দা ফবী নঙসুঙ, লৈয়েং খৎপীরকও। শ্লি শ্লি হুপ সো হায়না কৌবী, অসাইঙৈগী নাবা অঙো অনিমকী থৌরায় মঙামকপু সোগৎপীরকও। হে পলেম ইমা ইবেম্মা! খবাক ঙানকম লনাং-খোংদা ফম্নিবী রে খ হায়না কৌবী, থৌরায় মঙামকপু তুবী-রকও। হে পলেম ইমা লাকরেল থৌরায় মঙামকপু লাক্লো মি

তরুকমকস্থঙ কুম্নক্লে । থজিল লকা মালেম চীংবী পাৎতা ফম্নিবী, ইমা লৈমরেল শিদবী কোলোয় নমিংথোংবু নে নে হুপ সো কৌবী, থৌরায় মনৌঙাংপোক থেলদা মপন শিদবগী সনা মখোঙ-খাদা থৌরায় থুংলরে । মপু শিদবনা পারি নান্না অঙ্গো অনিমকও । কোঙ্গোয় নমিংথোংবু হায়গে কোলোয় নমিংথোং অমদি হো চিরিকলেল চিরিক সো সো কৌএ । মরু শিদবনা য়োইবু খমচিং-কোন্দা শিন্নরে । মপারি নাবা অঙ্গো অনিমকপু, মরম লম্লেল মদায়মা থেঙ্গ্, লাবা মচীংলেলবু অমুরক হন্না লৈমরেল তাওথিং-কোন্না নাবা অঙ্গো অনিমকপু ফুরেপ লৈমা লুচাওবীদা শিন্নরে । লাও লাও পারি অনিমকও ! হায়না চৈয় মইনফিনা কোশিনবিরে । নপন ঐনা হারগে পারি অনিমকও ! তায়বঙ নোংশাপানবু হুল্লান লম্মুক্লনা চেনফরোয়এ । লম্লেন মদাইমা থৌরায় নযুমলেলবু খিরেল নকাইফমদগীবু লেঙগনো খুচিলোক্তা হস্থরো পলেম মমা লৈমরেল শিদবী ফুরেপ লৈমা লুচাওবীগা খুচিলোক্তা থুংলরে । নাকথা লৈমা পাওতোয়বীনা পাওমেনখিএ । লাও লাও পারি নান্না অঙ্গো অনিমকও ! নথৌরায় নমিরেলবু মালংপান্দা পান্দুনা শান্ন-মিন্নখিসে । আসাববু খাম-খাম-নখিসে । থৌরায় লীক্ষারগে, মিরেল লীথ্রগে । হা খোয়দোং সনশেনবা লাংবা সনঙাকপা নঙগী নসল লাংবদি, পুলৈ লোক্তা চঙখিরে, লোক্লৈ লোক্তা চাক্তারে । লাংবা কোন্দেফরোইএ । লাংবা লাংথুগে কোঙ্গোয় লাংবু লাংথুগে । হা খোয়দোং সনশেনবা লাংবা থৌরি তৎফরোইএ । পারি নান্না অঙ্গো অনিমকন্থং নপন পলেম মমা ঐনা মি মি কুক কুক

য়ো রো হায়না থবায় লীফারগে মিরেল লীথুরগে। খোয়নৌ ইভাও। ফুরেপ লৈমা লুচাওবী নঙন্থং নপারি নাবা অঙ্গো অনি-মকপু পাওমেনখিও। থৌরায় মঙামক শিগা থাগা তরুকমক মরুনা চিংলম্বা লমদাংদা, খিং খিং নে নে রি রি রো রো না না না হেক জি হিং রি মি হিং সো ও রে রে হিং চঙলো চুরুপ চুরুপ থৌরায় লীফারবনে মিরেল লীথুরবনে। কুবীয়ু কুবীয় সো রি সো য়ি রোদা পাল্লরো।

(লরাইদগী চনিঙফাওবা নিংশানা কামথবিগনি, খুংনা চরম-দগী নাম্বরগা চনিঙদা থম্বীগনি।

মতুংদা অঙাঙ অচু থাদোক্লুনা মাঙদা থারিবা সনা লুপা ফৌনচিংহল্লু পায়হনগনি। য়ানা হায় পায়বা পোং অচুগী মতুং ইয়া অঙাঙগী তুংগী ওইরগদবা পুন্সিগী খুদম য়েংগনি। খুদমগী মহৈদি পুম্নমক্কা খঙনহনা লৈরবনা মতাং অসিদা হাপচল্লে।

মতুংদা শেল তাঙ্গনচিংবা কংভুনা অহল-লমনশিংদা অঙাঙবু খুরুমজল্লগা য়াইফ থৌজাল নিজগনি। চউম্বগী থৌরম লোইরে।

অঙাঙ চউম্বগী লাইরোন অসিনা, কনাগুম্বা থৌরায় মি হামচং হামপোইনরবা, মঙ-হা চোয়রবা নত্রগা লম চংপদগী নাহনা লাকপা লাইথায় তাত্রবা মতমদা থৌরায় মি কৌশিনবস্তু য়াই। অনাবনা চাও থকউ য়াত্রবা ঈশিংফাওবা লেকত্রবা মতমদা লাইরোন অসিনা থৌরায় মি কৌশিল্লুনা চাক ইনবীরবা অমতুং চখোম ৫ দং য়োংহনবা ওয়বদি পুন্সি চেঙজেল হাপ্লুনা অনাবদু কপাংলকনি পুন্সি জুংশাংগনি।

তৌইগুম্বসুং তৌগদৌল্লিবা মরম অতুগী মতুং ইন্না লাইয়োন অসিগী অহৌবা, মরক অমসুং অরোয়বদা লাইশোন থাহে খল্লা হোংদোক্কদবা লৈ। অকায়বা থোক্লগা ফত্তবসু ওইবা য়াবা খৌরম্ নিবা, অমাইবা অমাইবী য়াওনা তৌবনা ফগনি।

## থাশি মায়কৈ তৎনবা য়েংনবা

শক্তিবু, থৱান, পোইন্নু থা অহুম্মক্তি চীংখৈ থাশি মায়কৈনি। নোংমাইজিং, নিংথৌকাব তৎনৈএ।

কালেন, লাংবন, ৱাকচীং থা অহুম্মক্তি অৱাং থাশি মায়কৈনি। যুমশকৈশ, ইরাঙ্গ তৎনৈ এ।

ইঙা, মেরা, ফাইরেল থা অহুমক্তি নোংচুপ থাশি মায়কৈনি। লৈপাকপোকপা তৎনৈএ।

ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ, লমতা থা অহুমক্তি কৌব্রু থাশি মায়কৈনি। শগোলশেন, থাংজ তৎনৈএ।

## লাইচৌ লৈবা মায়কৈ

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১। | ৬।১১।১৬।২১।২৬ | থাবানশিং | অসি | নোংপোক্কা | লাইচৌ | লৈএ। |
| ২। | ৭।১২।১৭।২২।২৭ | ,, | ,, | মখাদা | ,, | ,, । |
| ৩। | ৮।১৩।১৮।২৩।২৮ | ,, | ,, | নোংচুপ্পা | ,, | ,, । |
| ৪। | ৯।১৪।১৯।২৪।২৯ | ,, | ,, | অৱাংদা | ,, | ,, । |
| ৫। | ১০।১৫।২০ ২৫।৩০ | ,, | ,, | লৈথক লৈখাদা | ,, | ,, । |

# ঈ খুদেং লৈবা লৈতবা

ঈ খুদেং লৈবা থাবানশিং অসিদা লাইগী অমমুং লৈবাগী থবক তৌবা ফংতে। লৈতবা থাবানশিংদা ফৈ।

থাবানশিং অসিদা ঈ খুদেং লৈতে।

১। ২। ৩। ৫। ১১। ১২। ২১। ২২। ২৩। ২৪। ২৫। ২৬। ২৭। ২৮। ২৯। ৩০।

থাবানশিং অসিদা ঈ খুদেং লৈ

৪। ৬। ৭। ৮। ৯। ১০। ১৩। ১৪। ১৫। ১৬। ১৭। ১৮ ১৯। ২০।

# লাইচাগী অফ-ফত্তা

শেংএ হায়না থারিবা থাবানশিং অসিদা অফবা থবক তৌবা ফৈ।

থাবান

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। ১১। ২ | লাইনা | লাই | চায় | শেংএ। |
| ২। ১২। ২২ | ,, | য়েন | ,, | ,, |
| ৩। ১৩। ২৩ | ,, | ঙানু | ,, | ,, |
| ৪। ১৪। ২৪ | ,, | হুই | ,, | ,, |
| ৫। ১৫। ২৫ | ,, | ওক | ,, | শেংএ। |
| ৬। ১৬। ২৬ | ,, | শল | ,, | ফংজে। |
| ৭। ১৭। ২৭ | ,, | ইমোই | ,, | ,, |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৮। ১৮। ২৮ | লাইনা | শগোল | চায় | ফংতে। |
| ৯। ১৯। ২৯ | ” | শামু | ” | ” |
| ১০। ২০। ৩০ | ” | মী | ” | ” |

## ফি হোৌবা ফত্তবা মুমিৎ

ফি হৌবা ফবা মুমিংতি মুমশকৈশ মুমিংত্তা ফি হৌও। নিংথৌকাবা মুমিত্তা ফি লোইয়ো। শগোলশেন মুমিত্তা ইয়োংদগী ফি ককও। ইরাই মুমিত্তা লাকয়েল তাইও। লাইনা থাবা মুমিংনে অফবা মুংতাইবা পুন্সিববু ভানফংজেএ।

## ফি অহনবা শেংপা ফত্তবা মাকমৈ

থাবান – ১। ৪। ৬। ৮। ৯। ১০। ১১। ১৬। ১৭। ১৮। ২১। ২২। ২৬। ৩০ থাবানশিং অসিদা ফি অহনবা শেংপা ফত্তে।

## ফি অহনবা শেংপা ফবা মাকমৈ

থাবান— ২। ৩। ৫। ৭। ১২। ১৩। ১৪। ১৫। ১৯। ২০। ২৩। ২৪। ২৫। ২৭। ২৮ থাবানশিং অসিদা ফি অহনবা শেংপা ফৈএ।

## ফি অহনবা শেংপা অফ-ফত্ত মুমিত্তি

নোংমাইজিং মুমিত্তি মীনা মুনথিএ। নিংথৌকাবা মুমিত্তি অফবা ফংজৈএ। লৈপাকপোকপা মুমিত্তি, পাংনোমএ ফংতে।

য়ুমশকৈশ নুমিৎতি হক মউ কাএ, য়েন চোংএ কৈএ। শগোল-শেন নুমিত্তি মহৈ-মশিং হৈএ কৈএ। ইরাই নুমিত্তি য়েক্কবু ঐন্য ঙমজৈএ। থাংজ নুমিত্তি ইকাই নুংশি নংজৈএ, ফত্তে। অসি য়েংনা ফি অহনবা শেৎলো।

# পীথোকহৈদবা নুমিৎ

## নোংমাইজিং

কোরৌ নোংমাইজিং নুমিত্তি — খোইয়ুম লাইনিংথৌ চীঙঙু তায়বং খায়বা খোইয়ুম খোমশিরেল সনথোঙ মপুরেলবা, শেল্লোয় লংমাই নুমিৎ শিদবনে। কোরৌ নুমিৎ অসিদা, থংয়ি ফৌনয়োন-নচিংবা, মরু-মরাং খিবিক পোকএ। অহুনোংগীবু ফৌনচিংবা মরু মরাং খিবিক পীথোকহৈদে।

## নিংথৌকাবা

কোরৌ নিংথৌকাবা নুমিৎতি —চীঙঙু শরারেল থাকপা পুরৈ-রোম্বা, পুরাংনাকাবা, থংবা নোংনিংথৌ, কোনখৈ অতাম্বা, সথাং অথাপ্পদগী, কোরৌ নিংথৌকাবা নুমিৎ শিদবনে। কোরৌ নুমিৎ অসিদা, খোইমোম মৈরা পোনচেংঙম্বী শিংথাচাপ্পফাবী লোকয়াই শিন্না লশিং পোকএ। অহুনোংগীবু চরৈ ফি পীথোকহৈদে।

## লৈপাকপোকপা

কোরৌ লৈপাকপোকপা নুমিৎতি - খোইয়ুম লাইনিংথৌ চীঙঙু পোংলেলহুনবা অচিবা, সলাই পুরি য়েকহোংবী মালেম লৈফু-রেল অচিববু কোরৌ ললশানরিবী থাংবন পাওশানবা, কোরৌ

লৈপাকপোকপা মুমিৎনে। কোয়ৌ মুমিৎ অসিদা, তেৎনৌ য়োৎ পোকখি এ! অতুনোংগীবু তেৎনৌ য়োৎ পীথোকহৈদে।

### মুমশকৈশ

কোয়ৌ যুমশকৈশ মুমিৎতি — য়োমবু থোইমোম লাইরেকমা মালেম ভম্পাক লৈবেলহনবী লৈমরেল শিদবীবু। শিঙলেল লৈয়াম হুম্না, চেংভৌ ফাগাপ্পা, থোইয়ুম ললশানবা, তায়বং থবায় য়োইয়োক্লবা, কোয়ৌ যুমশকৈশ মুমিৎনে। কোয়ৌ মুমিৎ অসিদা মালেম লৈপাক পীহৈদে।

### শাগালশেন

কোয়ৌ শগোলশেন মুমিৎতি— চীঙমু নোংদমলিবা লাইয়িংথৌ থোইয়ুম পুক্লিঙ বাচুমশুবা লাইবু। কোয়ৌ ললশানবা, বাংবন পাওফানবা, কোয়ৌ শগোলশেন মুমিৎনে। কোয়ৌ মুমিৎ অসিদা কোয়ৌ নোংলিক্লাই লীক্লা য়াইরংচালনচিংবা লীক্লাং মশিঙ অয়াম্ববু পোকএ। অতুনোংগীবু কোয়ৌ শগোলশেন মুমিত্তা থাবা লিক্লাং পীথোকহৈদে।

### ইরাই

কোয়ৌ ইরাই মুমিৎতি—থোইয়ুম লাই নামুং নামু বনা লাইজ ঈদা কুমলবসু, লাইজ ঈয়েল চাওকোই লৈগুপ্পা। চীঙঙ লাইজ ইথৈরেল থোংনাং লিশিং চাইবা য়াগৌনবা, কোয়ৌ ইরাই মুমিৎনে। কোয়ৌ মুমিৎ অসিদা, মালেম লৈসনা অভাঙবা, কোয়ৌ নোংলুপান অঙৌবা। শেল কোরি পিথ্রাই পুম্নমক পোকএ। অতুনোংগীবু চাইনৌ সনা কোল্লাংচাল শেলগী শাগৈ পুম্নমক পীথোকহৈদে।

## থাংজ

কোরৌ থাংজ সুনিত্তি—য়োয়বু পোইমোম লাইরেলমা কজেং নোংথাং লৈমা থাঙলেল হাইকুপ চেনবিবু কৈরোয় ললশানবা থাংবন পাওকানবা কোরৌ থাংজ সুমিৎনে। কোরৌ সুমিৎ অসিদা তায়বং থবায় পাল্লিবা পুন্নমকপু শেমএ। অহুনোংগীবু নমু পোংনচিংবা থবায় পানবা খিবিকপু পীথোকহৈদে।

## পূন্নমক ঙাক্কদবা

মপোক সুমিৎকী মথৈদি লৈবা খিবিক পীথোকহৈদে। মপোক সুমিৎ কৌবদি নমু তায়বং মীওইবগী মপোক সুমিৎ লৈবগুম, লৈরিবা পোৎলম খিবিক্কীস্থু, মপোক সুমিৎ লৈবনে। য়ুমগী উরেপ হুমখিবা সুমিৎস্থু, য়ুম্লেল শঙ্গাবা সুমিৎস্থু, য়ুমগী মপোক সুমিৎনে। কুমজা অমগী ফৌ মরু তাবা সুমিৎস্থু, কৈদা হৈবা সুমিৎস্থু; ফৌগী মপোক সুমিৎনে। অস্থুন্না ঐগী ঐগী ওইবা পোৎলম খিবিক্কী মপোক সুমিৎ খঙনা পীথোক পীশিন তৌগনি। হয়াহে হয়ুম হয়ুম হয়ুম।

---

অপোকপা থুরুম্বগী মওং অসি লাইরিক অমগা অআোম্মা লাইরিক অমগা, মাইচৌ অমগা অতোম্মা মাইচৌ অমগা মান্নদবা থেন্নবা মওং কয় থেংনে। মতুংদা মসিমু পুনশিন্দুনা খন্ন-নৈনরগা মান্নত্রিবশিং শিশি মরম থিজিন্নবা হোৎনপনি।

থৈরে



থোকহল্লকপা :

নিংথৌজম মনিশনা

অহানবা থুংনম—কোপী ১,০০০

তাং ৪।৯।৬৩ ইং।

অনীশুবা থুংনম—কোপী ২,০০০

তাং ৭।৭।৫৮ ইং।

অহুমশুবা থুংনম—কোপী ৪,০০০

তাং ২৩।১। ৭১ ইং।

মরিশুবা থুংনম—কোপী ৫,০০০

তাং ১।১।৮১ ইং।

মঙাশুবা থুংনম—কোপী ২,০০০

তাং ১।১।৯২ ইং।

তরুকশুবা থুংনম—কোপী ২,০০০

তাং ১।১২।৯২ ইং।

তরেৎশুবা থুংনম—কোপী ৩,০০০

তাং ৩০।১২।৯২ ইং।

মমল মুলা ১২'০০

মখুম : বিদ্যাপতি প্রিন্টিং এন্দ ষ্টেসনরি বার্কস, শিঙা মাওয়েম লৈকা